# মৈতৈ ইনাৎকী ঈশৈ

*(Meitei Folk-Song)*



লেঃ শ্রীলোইতোংবম কালাচান্দ সিংহ

*Music Instructor* **B.T.I. Imphal**

# মৈতৈ ইনাংকী ঈশৈ

অব :— শ্রীলোইতোংবম কালাচান্দ সিংহ
সঙ্গীত-অধ্যাপক বি, টি, আই, ইম্ফাল



মমল—লুপা ২·৭৫ পৈশা

অফোওবা ঃ— শ্রীঅরিবম হরিদাস শর্ম্মা

য়ুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল।




হ হানবা নম্বা— কোপী ১০০০

তাং ১৭।১১।৬৯ ইং

নম্ফম—মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল

# রাহৌদোক

"মৈতৈ ইনাংকী ঈশৈ" ( মৈতৈ কোক শোং ) হায়বা লাইরিক অসি মতম কুইনা রারী রাখোং অমদি মরী লৈনবা পুথা কয়া ফংজরবা মতুংদা জাতি অমগী খিগৎকম থোকপা বিষয় অমনি খঞ্জদুনা ইজবনি। লাইরিক অসি ইজবা অমসুং খোম-জিনবগী অরাবা হায়ববু অতৈ থোইদোকপা মত্তে, মৈতৈগী অরীবা স্বর অনৌবা চৎনরকলিবা স্বরশিংবু স্বরলিপি পামনবা হোৎনবা অসিনা মরুনি। মসিগুম্বা লাইরিক অসি মাওজোননা পুথোকপা ওমদবগী মরমদি মরুওইনা পুয়া পুরান পায়বা পণ্ডিতশিংনা রারী রাখোংগী মথৈদি পুথোকপীরকপা য়াই, অমরোমদনা স্বর বিজ্ঞান ( সরেগম ) গী মতাংদা অরাবা ওইবগুম থোকপা; অমরোমদনা ঈশৈ শৈবা গায়ক ওঝাশিংনা স্বর পানবা ওমলবসু রারী রাখোং থিবা অমদি মৈতৈ ময়েক ওরীবা পাবা ওমদবগী থুদোংচাদবা. শমনা হায়রবদা 'হৈ লৈর থাও লৈত—থাও লৈর হৈ লৈত" অসুম্না থোকপদগী লাইরিক অসিগুম্বসি ইনরক্লবনি।

তোল্লবা ঐগী থুদোংচাবনা, মৈতৈ ময়েক খর পাবা ওমজবা, মৈতৈ ইনাংকী ঈশৈ ( লাই হরাওবা ) গী পুয়া অমা ফংজরবা অমদি সঙ্গীত স্বর বিজ্ঞানগী মরমদা কাবক কাবক নৈনজরবগা অনি অসিনা হৈসু লৈবা—থাওসু লৈবগুম থোক্লুনা লাইরিক অসি মাতক চাম্রবসু খরদং খরাহগী মমাওদা "য়াংলেন শরুগী" মথৈতা পুথোকচবনি। অশোই-অঙাম, নাতৈ চাদবা য়াওরবসু নৌনা অমসুং রানা হোৎনজরকপনি হায়না খনবিদুনা অরানবা কোঙ্গায় তাকপিরকনি আশা তৌজে।

লাইরিক অসিদা য়ারাগা কোম্বা মরী লৈনবা উত্তুম্না শকনবা ঈশৈগী শৈরেংশিং, স্বরলিপি পানবা ঈশৈ অনৌবা মওংগী স্বর পুম্নমক তাক্তুম্না ইজবনি। লাইরিক অসি নমনবা হোৎ-নজবা অসিদা ইডুকেসন ডিপার্টমেণ্টনা মতেং খরদং পীবিখিবা অসিনা ইজমনগী ১ৈহে য়াম্লে হায়না লৌজরে।

খরাইগী—

শ্রীলোইতোংবম কালাচান্দ সিংহ

# হীরম লামায়

**হীরম** — **লামায়**

## অহানবা পন্দুপ



## অনিশুবা পন্দুপ



## অহুমশুবা পন্দুপ



## মরিশুবা পন্দুপ

# মৈতৈ ইনাৎকী ঈশৈ

## ( মৈতৈ-ফোক-শোং )

### অহানবা শন্দুপ

### নৈনবা—শরুক

### " হুং য়ারাবু খুরুমজৈ "

"হুং য়াবাবু খুরুমজ" হায়বা রাহোদোক অসিদগী মৈতৈ ঈশৈগী মরমদা হায়বদি মৈতৈনা মপা মপুদগী মনাৎ ওইনা শকনরকপা "ফোক-শোং" মতুং কাওবা শাস্ত্র অমা ওইনা নৈ-তৌনবা নৈনবা তৌজরে। মৈতৈগী থাইনগী খুংনা ইবা পুয়া, পুরাননচিংবা লাইরিক থরা থেংনজরে। অদুবু হৌজিক মৈতৈগী ওইবা ঈশৈগী মরমদা স্বরবিজ্ঞান "স, রে, গ, ম" তাকপা লাইরিক অমতা থেংনজাদ্রে। অদুগা ঈশৈ শকনরকপগী শৈরেংদি য়াম্না মরাং কায়না থেংনজরে। স্বরগী খোংস্বাকতি অমা অসিদগী হেন্না শীজিন্নবা উদে। মরম অসিনা ঈশৈগী মরমদা মথং মনাও নাইনা নৈনজরক্কে। ঈশৈবু অরিবা মরোন্দা "অসৈ" হায়না খঙনরমই। ভারতীয় সঙ্গীত শাস্ত্রদা অসৈবু সঙ্গীত কৌই। ওঁকারগী মহুত্তা মৈতৈ অরিবনা হুঁকার শীজিন্নরমই। মরম অসিনা অহানবা রাহোদোক্তা "হুং য়ারাবু খুরুমজৈ" হায়না শৈহৌজৈ।

"ওঁ" শব্দবু য়াহৈ খাইদোক্লুনা য়েংলবদি: —

ও + উ + ম্ অসিনি। অসিগুমনা হুঁ শ্নু, "হ + উ + ম্" ময়েক অহুম অপুমনা শাবনি। তাইবংপানবদা লৈবিবা অচৎ-চক্তা জীব পানবা পান্দবা পোং পূম্নমক হুঁদগী থোকথিবনি হায়বসি দার্শনিক পণ্ডিতশিংগী অমত্তা ওহবা মতনি। মসি মেতৈ পুয়া লৈথক-লৈখাবোন্দসু য়াওরি মাদু'দ—

"কাস' লিংথৌ" তাইবংপানবা মপু নোংথৌ সাইরোওকুমপা অতুময়া, মপাল মরা খিবা থওদবা মচু খিবিকনা তিলশিম্না লৈবা অপূম্বা অফ্লবা লাইসিদবা অসিনা "হুঁম্" হায়না কনচাওরক্লে, উম্ হায়না মপুকনিং সিঙলাকলে। তাইবংপানবা অসিবু শেমগে হায়না নিঙলকলে :—

"হেয়ে, মকে, নহে, কাবে, হেন, মিহে, হসি, না'রে,
মরে হাসী হসী কারে, নারে, সহে, মরু কাবে।"

মন্ত্র (মাম) অসি অহানবমক্কদা শোনখি।

মাহুদি "হ" দ হামলেন মুংশিং (মহাপ্রাণ)

উ—হায়বনা তাংবং পূম্বা শিন্বা থুংনা লৈবা য়াইবীরেন (ব্রহ্ম) অহুপা "ম" কারনা অতিংঙা (মহেশ্বর) অসিবু থওন-গনি। হায়বদি ময়েক অহুম "হ" "উ" "ম" অসিবু লাইগী মশক ওইনা (আধিদৈবিক) হায়রুয়বদি মঙাং, লুয়াং, খুমন গুরু অহুম্মকপু থওনগনি। হিন্দুশাস্ত্রগী মত মতুং ইন্না হায়রগা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অনুমনা থওনগনি। অহুম অসি পূমবা শকতমবু হুং কৌই।

ছং হায়বা অসি 'নাদ ব্রহ্ম" নি। মীওইবনা নাকোংনা তাবা ঙমলবা মখোলবু "য়ারা কৌই। "য়ারা" হায়বসি মখোলবু খণ্ডনগনি। ম'সিগী মচুংগী অর্থদি মখোল হায়বা অ'সিমক কমদৌনা থোকলকলিবনে "থাম্বী মৈগা মালং মুংশিংক অনিনা চাইনরগা হায়বদি য়ৈনরগা মখোল থোরকপ'নি।

মখোল হ'য়বা অসি মথল অনিখোকনা থাইদোকলি মাডুদি তাবা কংদবা লৈদি লৈবা মখোল (অব্যক্ত) অদুগা নাকো'না তাবা ফংলবা মখোল (ব্যক্ত) অসিনি। মৈতৈ অরিবা লোন্দা কো দোকপনু "য়া" কৌই। "য়া" হায়বা শব্দ অসি মুংশিংকী ইরাই ইনিনানে। "রা" হায়বা অসিনা "মৈ" গী ইরাই ইনিননি। মরম অ'সিনা মুংশিংকা মৈগা অনি পুনবগী মতৌ ওমরুনা "য়ারা" হায়রগা মখোন'ন হায়না খণ্ডনরি। "য়ারা" গী হৌরকফমদি মীওইবগী নাভীস্থান "খোইদৌ" দা লৈ। সঙ্গীত শ স্ত্রগী মত মেংলুরবদি "য়ারা" হায়বা অ'সিমক "নাদ" নি হায়বা য়াই। "য়ারা" হায়বা রাতৈ অসি চৎনলোন্দা খোঙ্গেল হায়রগা খণ্ডৈ। মসিগী মরমদা হেন্না কুপশিনবা "য়ারা" মথল অনি শুই। মদুদি :—

(১) ইঙুং য়ারা (তাবা কংদবা মখোল "অনাহদ" নাদ)

(২) মালং য়ারা (তাবা ফংবা মখোল "আহদ" নাদ)

ইঙুং য়ারাদি মখোনদি মহৌশানা লৈরবা তাবদি কংদবা মখোলবু হায়বনি। মচুগী থুদম নাকোং অনিমক মেনশিল্লগা

ঈশা ইত্তোমতা "ঙরং ঙরং" ঙংবা শব্দ তারিবা অদু ইনুং য়ারানি। ইনুং য়ারগা ঈশৈগা মরী লৈনদে।

মালং য়ারানি ঈশৈগা মরী লৈনৈ। মাল' য়ারা অসিবু অনি থোকনা অমুক থাইদোকপা য়াই। মদুদি :—

(১) মখোল নুংশিবা ( সুমধুর ধ্বনি )

(২) মখোল নুংশিদবা ( অমধুর ধ্বনি )

অহানবগী মখোল নুংশিবা অসিগা ঈশৈগা তংন-থানবা য়াদবা মরী লৈরি। মখোল নুংশিবা কায়বা অসিমক মৈতৈ মনাংকী ঈশৈদা য়ামনা য়াওরি।

ঈশৈ কায়বা অসিদা চঙশনবা মখোলদি মখোল নুংশিবা মখোলবুনি। তানিংদবা নুংশিদবা মখোল নোংমৈ কাপ্পগী মখোল-গুম্বদি নত্তে। মরম অসিনা হৌজিক ঈশৈ কদাইবু কৌবগে হায়বগী মরমদা নৈনরসি! সঙ্গীত শাস্ত্রনা অসুম হায়রি মদুদি :—

"গীতং বাদ্যং তথা নৃত্যং এয়ং সঙ্গীতমুচ্যতে।"

শকপা, য়ৈবা-খোংবা অমস্তুং জগোই অহুম অসিবু সঙ্গীত কৌই, অসুমনা হায়রি। অদুগা এখোয়গী মৈতৈগীদি অহুম অসিবু থাইনগী মরোল্দা "অৈসে" অনৌবা মরোল্দা "ঈশৈ" অসুম্না খঙনরি। অৈসেদা শকপা য়ৈবা জগোইশাবা অহুমমক পুল্লে হায়না খঙনগনি। অৈসে শকপা মীবু "অৈসেবা" হায়রগা খঙনরি।

"মৈতৈ মনাংকী ঈশৈদা" চাউরাকনা মওং অহুম থোকনা কয়াই মদুদি :—

(১) থৌনিরোন লাইশোন তীনশোন্দা শিজিননবা মগ্ন থিবগুম্বা মথোল।

(২) স্বর মরি নত্রগা মগ্তানা শকপা ঈশৈ মখল অমা শমনা হায়রবদা লাইহরাউবগী ঈশৈনচিংবা।

(৩) পেনা ঈশৈ অমস্তুং খুলং ঈশৈ অসিনি।

শৈহেক শৈশক্তি তোঙান তোঙান উই তৌইগুম্বস্তুং স্বর বিজ্ঞানগী থাকতি থোইদোকন রাংবা উদে। মসি কোক শোং পূম্নমক্কী হৌনশানি।

হৌজিক মসিগী মরমদা তেম্না কুপনা নৈনবা তারে। অহানবগী লাইশোন শ্বব অনিদগীনা অহুম ফাওবা

## শৈশ্রেং

"হযি হয়া হে ওংলৌ য়াইবীরেল সিদবা,
য়ারা কোনথাংশাগী নমুপোংথোক মথংলেংনা
খেৎতম্নকপা। ..........

| | | |
|---|---|---|
| স স স স স — — | গ গ গ গ গ গ গ | রে রে রে |
| হ য়ি হ য়া হে ঽ ঽ | ওং লৌ য়া ই বী রে ল | সি দ বা |

অসিনচিংবা স্বরগী খোম্থোক।

অনিশুবা স্বর মরি নত্রগা মশানা শাবা শৈশককী খুদম—

## শৈশরেং

চিংদা শাংপা ইণ্ডেলদৈ, চিন্নদনা কেনখিবা……

× ×   ×   × ×   × ×   × …

গ গ গ স | গ গ গপ — | প — — —

চিংদা শাং s | পা ই ণ্ডেল s | s s s

গ—প —গ রে—গরে | স স — —

চিন্‌s ন s দা না s কেন | খি বা s s |

অসিন'চংবা।

স্বরগী খোংস্তাক মতিকচানা তাকপা পন্দুপ'তি মথাগী অরোহবা পন্দৃপতা থেংনবিরককনি। মসিদি চাওরাকনা খুদমগী মশক ওইনা পনজরমব'নি।

## খুলং ঈশৈ

ঈশৈগী মতাং য়োরকপদা খুলং ঈশৈ হায়বা অসি করম্বা ঈশৈ শৈদানো করি মরমদগী ঈশৈ শৈদা অসিবু খুলং ঈশৈ কৌখিবগে হায়বগী মরমদা অগ্যক থরা কুপ্ন নৈনবা মতম ওইরে। খুলং ঈশৈবু কনা কনাগুম্বনা খুলক ইরক, লরাই থরাইদা পংশক শকনবা ঈশৈনি মমল নৈবা ঈশৈ নক্তে হায়না লোনবা য়াওরি। অদুগা কনা অমনা থবক শুবা খুলংবদা (মতেং 'পা'নবদা) অরা পোৎথানবা শকনরকপা ঈশৈনি মতুগী খুলং ঈশৈ কৌবনি

নত্রগা খুলক ঈশৈনি হায়বদগী খুলং ঈশৈ কৌখিবনি হায়নবা য়াওরি। মসিসু থোৎউদোকনা লানদে মতুগী মরমসু মখাদা য়াওরকখিগনি তৌইগুম্বসুং থাংজৈশেংনা হৌকমগা কোনুননা চুমনবা ডায়বা অদুদি নত্তে, খরা মখৈদি শোকই। মথক্কী খুলং ঈশৈগী "ব্যপত্তি" য়াহৈগী হৌরককম থিদনা লমথাংদগী ভাবনা শাদুনা হায়জিনবা মাপ্পি। প্রমাণ পিবা ওমদবা লাইরিক পুখোকপা ওমদবগুম থোকই। মসিগী মতাংদা "খুলং ঈশৈ কদাইবু কৌগদগে হায়বগা লোয়ন-লোয়ননা মরী মথো", বাগী য়াখোং থিগৎপা ভাই। মতুদি য়াহৈশিং অসিগী অর্থ-ভাব থিগৎতুনা য়েংলগা কদাই ক্কাওবা চুমবগে, প্রমাণগা লোয়ননা শোয়দনা ফংলককনি। শমনা হায়রবদা অয়াম্বদা খুলং ঈশৈগী শৈরেং অসি সুংশি-সুংওনগী শৈরেং ওইনা তৌই। মতুগী ভাবনা অরাই অথুমদা শকনরি। হায়দি নায়ক নায়িকা অনিনা অমনা অমুক শকপা লোইরগা অমনা অমুক ম্যাগী শৈরেংগী ভাব অদু খুল্লগা অমুক শকলকপা হায়বদি অমগী ভাব অদু লংথোকরকপা, পিথোরকপা অদু খুল্লগা তারগা অমুক শকপা ঈশৈবু খুলং ঈশৈ কৌই।

অদুনদি "খুলং ঈশৈ কদাইবু কৌই হায়রবদি ভাবার্থ লৌরগা অরাই অথুমদা শকনবা ঈশৈবু খুলং ঈশৈ কৌই হায়বা য়াই।" অরাই অথুমদা শকনরমই হায়বগী প্রমান মখাগী অসিনা সমথন তৌরি মতুদি :—

"লৈথক-লৈথারোন ইরেং পুন্নারিদা য়াওরিবা লৈশেমলোনগী মতাংদা অসিবনা মালেম শেমডেদা "হারাপা" কৌবা নুংশিৎনা মহৌ মহৌ ( হুন্না হুন্না ) লৈবাক চাইথাইরবদা তাইবং মপু গুরুনা হারাপাবু থিংননবা গুরুগী থোইদোকগী মিৎলুলোমদা মৈরিগী মশক ওইনা জুগনি নোংথাংলৈমা পুথোকলে। নুংশিৎ হারাপাগী মমাংদা লাকতুনা লংনররে, জগোই শাররে। মতু উবদা নুংশিৎ হারাপানা অসুমনা পাওরো ঈশৈ শকলকই।

## ঈশৈ

"সুলতরংগী মথক্তা মৈবাগী মশককুমন' তালনা সানুনরিবী, নওপু পাইমা ওইনা নুংচপী, তিল্লাং থোইদাপ'বু থোকলরে। পেম্মা নংবু কনানো ?" অসুম্না হংলকপদা লাইরেম্মনা খুমলকই—

"হোইতা হে নাহাপা অপিচা, লৈকু মরুম থোইচোপ্পা, লৈরাই মরুম থোইহাইপা, লৈতুম চন্না :পাওসাপাও ! ইপল পুল্লাং কাইরেতা, পুল্লাং লুরোই কাইপপু সিংপিরোই হাইপরা, ইপলনবু তাইপনে সিংলমলোও ॥"

অসুমনা খুমলকপদা হারাপানা অদুক পাওরো ঈশৈ শকলকই—

## ঈশৈ

"ঐদি পেম্মা নংপু হুনতে, লৈপাক সওতা লৈপি কার-কালতা কমতুনা ননম় নুংশা য়াইপি……।

অসুমনা অয়াই অথুমদা শকনরকপা শৈদাবু থুলং ঈশৈ কৌই।

মসি অ-রোমদা জাতিগী ওইনা শকনরকপদগী মতম মতমগী শৈরেং শেমজনা শকনরকপা, ওঝা নাইরুবা নত্তবা, মথং মথং শকনরকপা। ঈশৈশু ফোক শোং কৌনরিবনি মমৈথ দদি মনিং-মথা তৌনা শকনরকপনা মাগী মাগী অপাম-মুংশিগী শৈরেং কয়া কয়া হাপচিন্দুন অচেৎপা ঈশৈ ওইনরকলে! তৌইগুম্বসুং পূম্না পুরানদা লৈরম্বা অমদি জাতিগী ওইনা শকনরকপা শৈরেংশিং অসিদি য়ামনা ফজবা মমা মপা, মনেম মপু, মচিন মনাও ফমং-নিরজনা ভাববসু তাবদা কায়বা থোক্তে, মরমদি মঙুং মপান নাংইনা চেনবা ঈশৈগী শৈরেংনি।

অসিগুম্বা ঈচেল অমনি অহুম শুনা পুবা য়াবা শৈরেংদি অরিব শৈরেংশিংদা ফংই। মসিগী থুদম—

"হে ইপুং নহাপা ও! যাহোতকি সভাইনা মচিন কেক্র পোক্তুরি। লালঙামপুংগী কাকৈনা মানা হুমাক সাতরি। লোকক্ষমতাকি ও মুন খে ইজু তালেক চিনতরি এ। অসিনচিংবা। শৈরেং অসিনা তাকপদি মুংশি মুংওনগী শৈরেং ওইরবসু মমুং মপানগী অর্থ লৈবনা অতাব মীদা ইকাইব। পোকহনদে। প্রমাণ পাইঙ্গে তৌনা শকপনি।

থুলং ঈশৈগী শৈশক (ছন্দ) কমদৌনা থোকখিবনো? মসি লেক অহোবমক্তদা স্বর শাংনা চিংজনা স্বর অরাংব। তার সপ্তকতা হৌগল্লি অমসুং হেই। অদুগা মমৈদা ম্যেক রহৈ পূম্না পূম্না শকলকই। মসি করিদগী থোকখিবনো মসিগী মরমদি লমহাংদা অরাপ্পা মক্কমদা শকপা ওইবনা স্বর অরাংবা চিংজুনা

শকপা তাখিবনি। অয়াপ্পদা লৈবা মীবু তাহনগে হায়বর'দি য়ামনা শাংনা য়াংনা চিংহনা কৌংগ্রবদি তাবা ক'দে, অদুগী মতৌ-শুমনা খুলং ঈশৈ অসি ওইখিব'ন। মরমদি খুলং ঈশৈ হায়বা অসি য়াজ সভাদা নক্ত্রগা দলাদা নিংথিনা মথক কুপলবা শ'দ শকনরকপদগী হৌরকপা নত্তে। মথবতসু শুংশিৎ হায়াগাগা লৌংখাংলৈমগা লমহাংদা হায়বদি তরংদা পাওরোনৈ হায়বগী য়ারী শীজখ্রে। লমহাং তুহা'দা শকনরকপা ঈশৈ ওইবগিন' শাংনা অমম্ভং য়াংনা শকপা তারমই। মসিমক খুলং ঈশৈগী মহৌশানি। মমৈথংদা ময়াম তিনবদা শকনরকপা অসিদি ১মা'ঙৈ মতৌ মওং অমুদা শকনরকতবা য়াদবদগী চৎনরকপতনি।

## ঈশৈরোং

"হুয়া ইবেম্মা হুংশিবী, শাবী ইনেম্মচা পাম্মুবী……

স্বর— স' স' স' স' র' — — — | স'স'স' ধধ স'স'স' স'স'

হু য়া ই বে ম্মা S S S হু'শিবী শাবী ইনেম মচা

ধধধ ………… ‖

পাম্মুবী………… ‖ অসিনচিংবা।

পেনা যন্ত্র—পেনা পায়ভনা শকনব ঈশৈ "পেনা ঈশৈ" হায়না খঙনরিবা অসিসু ফোক শোংগী মহুং চনবনি মরমদি মসিদা থাইনদগী লৈরক'লবা স্বর মশীং হায়বদি সরেগম্ শীজিন্নবদা স্বর ময়েক মরিদগী হেন্না শীজিন্নদে। মরমদি পেনা যন্ত্র অসিগী অহানবা খুৎচাশিং (য়েৎকী) ইনম নমদনা চৈজিংনা

হেক চিংবদা থোকলিবা স্বর থোন্থোকনা "স" স্বর ওইরবদা থুং-য়াইনা মমবদা থোকপা মখোল "ঋ" ওইগনি, থুংনিংথৌনা মমবদা "গ" স্বর অমসুং থুমাওবীনা মমবদ "ম" স্বর থোকনি। অদুগা থুবীগা থুদোন্বীগদ পেনাগী মকোক অদু পাম্বখিবা মরমনা শীজিন্নরমদে। কংগুম্বা শীজিন্নবা থোকলবা ফাওবদা তৌহৈদে হায়না থাজনরমই। মরম অসিনা ঐখোয়না য়ামনা লায়না থগুবা ওমলে, পেনা যন্ত্রগী স্বরদা মরেক মরিগী থোন-থোক্লমক শিজিন্নৈ। মত্‌দ—"স র গ ম"

পেনা অসি হৌজিক কালগী বেহলা যন্ত্রগী থুংখোংগুমনা শীজিন্নবা ওমলবদ সপ্তস্বর স্বর তরেৎমক শীজিন্নবা ওম্বা য়াই। অদুবু পেনা শকপা ওঝাশিংনা থাইনগী মওং কায়দনা শীজিন্নরি। অমরোমদা হায়না হায়না হৌজিক কালগী পেনা অসৈবশিংনা হৈশিংবদগী থুদোনবী ফাওব শীজিন্নবা উরে। মসিনা তাকপদি মরেক মরিদগী হেন্দুনা মতা ফাওবা শীজিন্নবা য়াওরে। মতাং অসিগী মরমদা খগুহোবদা মৃ তকচাবা স্বর জাতিগী মরমদা চাও-রাকনা পনজরমগে। সঙ্গীত রত্নাকরদা অসুম তাকলি।

"আর্চিকো গাথিকশ্চৈব সামিকশ্চ স্বরান্তরঃ।
ঔড়বঃ ষাড়বশ্চৈব সম্পূর্ণ শ্চেতি সপ্তকম্॥"

আর্চিক, গাথিক, সামিক, স্বরান্তর, ঔড়ুব, ষাড়ব অমসুং সম্পূর্ণ অসুম হায়না "সঙ্গীত রত্নাকর"দা স্বরগী সংজ্ঞা পীরি। মসিগী সংজ্ঞা চক্র মখাগী অসিনি—

| আর্চিক | গাথিক | সামিক | স্বরান্তর | ঔড়ব |
| --- | --- | --- | --- | --- |
| স | স রে, | স, রে, গ | স রে গ,ম | স, রে. গ ম, প |

| ষাড়ব | সম্পূর্ণ | |
| --- | --- | --- |
| স রে, গ ম, প, ধ, | স, রে, গ, ম, প, ধ, নি, | |

স্বরান্তর হা'ওবা স্বর মরেক মরি হাপ্পবা শীংজিন্নবা অসি শাস্ত্রীয়সঙ্গীত কোৎখা য়াদ্রি। ঔড়ব ( ঔড়ব ) জাতি হা'ওবা হায়বদি স্বর মরেক মঙা হাপ্পবা শীংজিন্নরকপদি শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী মচুং চল্লে হায়বা য়ারে। অদুনদি পেনা যন্ত্র অসিমক খোক-শোং তৌরকখম ওইরবা মৈতৈগী অরিবা যন্ত্র অমনি। মসিমরা খোক-শোংবু প্রমাণ তৌরি।

মত্তাংগী মতুংইন্না পেনা যন্ত্রগী মচুংগী দর্শন করিনে। নৈনরকপা মতাং চারে, মৈতৈগী লাই হরাউবনাচংবা উমং লাইগী থৌরম লাইহরৌবা চোংবন চংবা শক্তরকপদা তংনা থানবা লৈতনা শীংজিন্নরকপা যন্ত্রদ "পেনা" হায়খ্রে। পেনা হৌদোকখিবগী য়ারি পুয়া, পুরান্দা কয় লৈরিবনি। অদুগা পেনাগী দর্শনদ খোইবোক্না শুগাইনা ফদে। মরম অসিনা পেনাগী মচুংগী ভাব থনা হায়জরকে। "পেনা"বু হনা কনাগুম্ব পণ্ডিতশিংনা হিন্দু কলচর 'বীণা যন্ত্রগী" অংশ অমা লোন নৈথরকপ না হায়নবা য়াওই মাহুদি হায়মনবা থোকই প্রমাণ লৈতবা য়াফনি।

পেনাগী তোপতোপ্পা মরম অমস্তু দর্শন লৈজরিবনি। পেনাগা বীনাগা লোন থৈনবদা নত্তনা মশক মওংসু মান্নদে, অদুনা পেনাবু বীণাগী লোন তৈনরকপনি হায়বা য়ারোই। পেনাগা মান্নমলবদি লোন থৈনরবসু মশক্তি খরগী মথৈ মান্নমগনি। মসিদি নত্রে মশকস্তু মমিংসু অমতা মান্নদে।

"বীণাগী হৌদোরকপা অমসুং দর্শন লৈবগুম্না পেনাগীসু লৈরিবনি। মসিগী মরমদা রাখল খনবা সুংঙাইনবা শমলপ্পা বীণাগী মরমদা পনজরমগে মডুদি......।

"বীণা" যন্ত্র অসি থাইনগী খোংনবা যন্ত্রনি। মসিদা নারদ "বীণা" হায়বা মমিং অসি য়াম্না ফাওবা বীণানি। হৌজিক কালদদি মখল মখলগী নমুনা"। য়াম্না লৈবা উরে। "বীণা" "আবিষ্কার" হৌদোকখিবা অসি ভগবান শঙ্করননি হায়না থাইনগী গ্রন্থশিংদা ফংই। মাদুদি অসিনি নোংমগী সুমিত্তা পাব তা দেবীনা চেপ্তুনা লৈরিবদা শ্রীমহাদেবনা উথিরমই, ইবেম্মাগী কুচগী মথক্তা মথুৎ অনি শম্নডুনা নন্দুন তুপলমই, খুজিশিংনা লৈতেংলমই। মাদু উবদা ভগবান শঙ্করগী মপুক্কিংদা নুংঙাইবগী ভাব অমা পোকখি। ইবেম্মাগী কুচনা তুম্বগী মশক ওইরে, খুৎনা বীণাগী রাও (মচৈ) অহুগা খুজিগী মওংদগী পরদার ওইহন্দুনা "বীণা" যন্ত্র থোকখি।"

"পেনা হায়বা মমিং অসি কমদোনা থোনখিবনো? লোল অসিমক মৈতৈ মরোল্লা? মাগ্নি মৈতৈ মরোমগি "পে"না হোবা মৈতৈলোনগী রাহৈ খর খুদম ওইনা পিজরি পেনা, পে, পেবা,

পেহম পেংচাইবা, পেংবা অসিনচিংবা। অত্তুনদি হৌজিক মমিং খোনবগী রাকম খুরসি পোৎ পুথোকলবা মতুংদা মমিং থোনগদ্রা, লৈত্রিগৈদা হান্না মমিং থোনগদ্রা মসিগী রাকমসু চংলকই। কর্ত্তা অদুনা পোৎ অমা হৌদোক্কে শনবদা অহানবদা পোৎশক অদু মহক্কী ভাব অমসুং রাখন্দা মমি ভাগনি মাদুগী মতুংদা পোৎশক ওইনা শাদুনা পুথোক্লবা হোৎনগনি। মমিং থোনবা হায়বা অসিমত্তুবু পোৎশক উরগা পোৎ অদুগী মশক, মতিকময়াই, খোঙ্গোক মতুংইন্না থোনবা ভাক্কনি। "পেনা" হায়বা শব্দ অসিদা রাহে অনিনা শাব'ন, মাদুদি "পে" অমসুং "না" পে হায়বদি থক্তগী কোন্দুনা থানথরকপা অদুগা "না" হায়বনা "চৈজিং-নাচিংবদা" নাহেবগী মতৌগুম্না মখোল থোকপা, অনি অসি পুল্লগা "পেনা" যোগার্থদা খোনখিবা মমিংনি।

পেনা শকখিবগী অহানবা থাইনগী লাইগী রা ওইনা হায়-নরকপা মতাংদদি মীকোক (স্কল) না হৌজিক্কী য়ুবীগী শক অসি ওইরমই হায়নরি। মাদুদগী চাওখৎনরকপা মতুং ইন্না ইরু র'রু, লৈবাক্তা শাবা পোৎনা শিজিন্নরম্বনি, মমৈ থংদা য়ুবী (হিদাকফু) না শিনখিবনি। মসি পুন্নমক্কী রারী অসি থোইনা পঞ্জরয়োই। মরু ওইনা পেনাগী মনুংগী তত্ত্ব করিনো মসিদনি খিগদবা। য়ুবীনা মালেম ইমাগী মছুৎনি অদুগা চৈজিংনা আকাশ, সোরারেলগী মছুৎনি। মথক্তুনসু চাওরাক্লা পনজ্রগ্রে নাপ ব্রহ্মদগী জগৎ সংসার তৌরকই। পেনা খোংবা মতমদা পোৎশক অনি তরদুনা থক-খা চিংনরগা মখোল থোকই মখোলদগী

তাইব'পানবা শন্দোকই তাকলি। অপোৱা মও'দা আকাশনি থ'মনবা থা, থরানমিচাকশিংগী মহুৎ'শনবা ওইনা চৈজিংগী মও'স্নু অঙ্গি? মওং চাওরাকনা চয়োল তরেং কোৱা থরান্মিচাকী মওং মাল্লি। হিদাকফু (য়ুবী) অদুনা মতূম তারি মাসিনা মালেম ইমাগী মশক্লি। অসিগুম্বা মনুংগী ভাব কয়াম্ভ ফুমহুনা মৈরবা মৈতৈ পেনা যল্লনি।

তাইব'পান ওইরকপা অসি শক্তি অমতনা ওইবা য়াদে হায়বদি শক্তি অনি চ'ই মাদুদি চিংথোক চিংশিন (আকর্ষণ বিকর্ষণ, attraction and repulsion) অনি অসিদগী ওই-থিবা'ন। চৈজিংনা য়েংকী লমদাংনি পক্লো' ইপা শকপা সো'রা-রেলা'ন, অদুগা থাদ কোল্লিবা মতূম তাবা অদুনা ওইগী লমদাং পলেম ইমা পৃথিবী'ন হায়বা থংগল্লি।

সে'রা'রেলবু হপা'ন হায়বদি অসিংতাদগী নোং তাবক্লগা ম'লেম ইমানা ফপুবগী মতোগুম্না নোংগী ঈশিং চুপশিল্লি, মচুদগী পা'শৌনচিংবা হৌরকতুনা মকৈ মরোং চুমহল্লি, মহৈ মবো' চিঙ্গ'ক্লগী জীব পোকই মরম অ'সনা আকাশপু ইপানি হায়নরিবনি আকাশপু মৈতৈনা "অতিয়াসিদবা" হায়না কোলোই মি'থৈ। অতিয়াসিদবনা তাইবং শেম্বগী মতাং মথাদা শুগাইবা লাকথিগনি। মতাং অ'সদা শ্রীমদ্ভাগবত গীতাগী অধ্যায় ১৫মগী শ্লোক ১৩দা য়াওরিবা ভগবান কৃষ্ণনা অর্জুনগী মকমদা তাক'পিখিবা ৱাফম অমা পুশিনজনকলে মাদুদি:—

" গামাবিশ্য চ ভূতানি ধারয়াম্যহমোজসা।
পুষ্ণামি চৌষধীঃ সর্বাঃ সোমো ভূত্বা রসাত্মকঃ॥"

"ঐনা পৃথিবীদা চংলগা ঐগী শক্তিনা জগৎপু ধারণ তৌরি, রসকী মশক ওইরবা থা ওইত্থনা মহৈ মরোং পাম্বী পূন্নবকসু য়োকপি, চাওখৎহল্লি।"

মতাং অসিদা গীতাগী শ্লোক পুশিঙ্গরকপগী মরমদি ঈশ্বরগী শক্তিনা পৃথিবীবু ধারণ তৌই, অদুদগী রসকী মশক ওইরবা থা-না মহৈ মরোং পাম্বী পূন্নমক য়োকপিরি হায়বগী মতাংদা পঙ্গকরবনি।

মৈতৈগী ওইবা মনাত্তা লাইয়িংথৌনা পেনা ধারণ তৌই মসিনা তাকলিববু জগৎ পূন্নমক ইবুংঙো মানা পুবিরি তাক্লি। অমরোমদা তাইবংমপুগী মশক ওইরবা সোরারেনবু মৈতৈনা ইপানি অদুগা মালেম পৃথিবীবু ইমানি হায়না লৌনরমই, অসিগী মথক্তা 'মমা মপানা অথোইবা লাইনি হায়মসু লৌনরমই। মতুদি

"কোরৌ নোংনা রাংবরা, পস্থৌ ইপানা মরাংই।
মালেম লৈমানা লূখরা, পলেম ইমানা মকমই।"

পস্থৌ ইপাগা সোরেলগা চাংদমনৈ, অদুনদি সোরারেলবু ইপা অমা ওইনা লৌরি। অদুগ' মালেম লৈবাকপু পলেম ইমাগা চাংদমনার অদু ওইরবদি, পলেম পস্থৌনা হেল্লি হায়বদি তাকলি

সুমিৎনা মৈশা পিরি, থানা রস পিরি হায়বগী মরমসু মৈতৈ কোক শোংদা ফংই। মাদুদি মথক্তা পিখ্রিবা গীতাগা চাংদমনবা য়াবা।

"থা থা থাবুঙতোন, নচা মোরানবী পোবীগে ?
পোবী শনম নম্বীগে হৈবোং চরোং অমতা থাদবীরকউ
নথি মরক্তা তাখনী, নয়ুং মরক্তা তাখিনি,
আচ্চ ! কানানা চানীগনগে ?"

মংক্তা শৈরেং অসি ইপা ইপু তাকতক্লগী চহি লিশিং কয়া শকনরকলবা "কেক শোং" মথল অমনি। মসি করম্বা মতমদা শকনবগে য়েংলবনি মনুমদি পালবী মচাদি কংদ্রিবী ক্লপীনা নুমিৎদা পাবল কবা মতম, থা থোবকপা অদুবু য়েংলগা শকনবকপা ঈশৈনি। মসিগী মনুংগী ঈচেল ভাব করিনো ? হায়বদ থানা বস পিবা লাইনি, থাদগী রস নবনি। রসলগী মচৈ মরোং পোকই মচৈ মবোং চিঙ্গাক চারগা ফংবীগী মশক ওইংকই। অতনা মতিকনানা ফমবি ফংননবা হায়বদি মথং মথং মচা মশুশিংন ফংজবা যাননবা থাবু য়েংতন্দুন শকনরকপা ফেক শোংনি। হৈবো চরোং অমতা থাদবিবকউ হায়বদি ফংলগা মশক নতরবা ইচা ইশু অফবা যামনা পীনাবিয়ু হায়বনি। অংরোমনা থদা লেরিবা অমমবা মমি অদু য়েংবদা হৈংগোং পাম্বা মাল্লি মতুগী ভাবতা মপান থোংদা পুবনি। করিগুম্বা শোইতুনা ফংবা থি-যুং মরক্তা তাখিবা থোকলবদি হায়বদি ইচা ইশু ফাওবা পোকপা থোকলবদি মাংবা ভারেদো হায়বগী ভাবতা "নথিমনক্তা তাখিনি নয়ুং মরক্তা তাখিনি, আচ্চ কনা চাবিগনি" হায়বনি। মসিনা তাকলিবনু পিবা তরবাদ শোইদনা ইচা ইশু অফবা মথং মথং পিননীরকউ হারজবনি। অমরোমদা

মৈতৈনা থাইনা লাইরিক লাইশু ইতুন থনমবগী মতম্তা মচা মশুদা পাওতাক চিনফা কয়া থবকা কোননা তাকপিরমই।

অসিদা নত্তনা মৈতৈনা মচা মশু ঈকঞ্জিবা মতমদ, ঈরুঞ্জবিবগী লোইনা লেইনা তৈথোকত্রিবৈগী মমাংদা চোংশ চোংলক্নবা কোক শেং থমস্থ শক্তনরকপি মাতুংদ :—

## ঈশৈ

"তিং তিং চাওরো থবী অমিংনা কানিগৈদা কাচৈংবা।
সনা মচুম তারো, লুপা মচুম তারো তিং তিং চাওরো"

মসিগী ভাব করিনো অমিংনা মৈশা অমস্থং তেং (জীবগী শক্তি) পি অদুনা অমিংদগী তিং-নিবগী, চিঙ্খাকপনা মী তি বা ওইদে, মৈশা অমস্থং তিং যাওদ্রবদি মরম অসিনা মম মপানা অচাং অত্তুব থুনা চাওহনিংদুনা অমস্থং শক্তি লৈবা মচা অচৌ-হনিংদুনা অমিং থোরকপা মাইকৈদা ওনশিন্দুনা মথক্কী ঈশৈ অসি শকত্তুনা চোংবনি। অমিংনা মথং মথং কাপ্পজকপতামনা অচাং অতত্থ থুনা চাওথংপা ওইরসস্থ শক্তি লৈরসস্থ তাক্লি। "সনা মচুম লুপা মচুম" হায়বনা মুংডাই যাইফবা হনাক কৈরাক থুনবা মচা মশু ওইহনসনু হায়বনি। অমুমনা তাংক লাংথন্দা "তিং তিং চাওরো .... ..." মুমিদাংগী মতমদ, "খা খা থাংতোন" শকনরকই।

## "পুং"

ঈশৈগী মতাং নৈনরকপগা লোইন-নে ইনা পুংগী মতাংস্থু খরা পনজরমগে? পুং মখল য়ামই তৌইগুম্বস্নং অরিবা পুং হায়বদি ফোক শোংগা ফোনরকপা পুংদি লাইপুং হরাউ পুং অসিনাচিংবা। মসি করিনা ফদোনা শাবনো হায়বদা উ মকক অমদা মন্ডু উতোংগুমনা কোৎথোকলগা শাবা, মদাই হায়বদি মরু মনাও শাউম্ন তিংবা পোংনি। অমরু হৌজিকা অনোম্বা নট পালাদা অরিবা বংদেশতা য়ৌনরিবা পুমনমক এথাইনা পুং হায়বা মমিং অসি কৌনরি। মমিং তোপ্পা কোপ্পা মৈতৈ পুং অনোম্বা অরিবা, থাককবতনি।

পুং হায়ব আসগী মমিং করদোনা থোনখিবনো হায়বগী মরমদা হায়জরককে ভারতীয় সংস্কৃতদ শিজিননরিবা "মৃদঙ্গ" হায়বা পুং অসিদ "মৃত্তিকা" লৈবাকনা শাবনি হায়তুনা "মৃদঙ্গ" কৌবনি। এখোয় মৈতৈগীদ মতুনদে উনা শাবনি মমিং থোনবদি য়াম্না কজবা কুপশিনবা মওংদা থোনবনি। ইপৌ পোনা থিবনা শংবা ভগলোই মম্না কুপনা বিচরগা ফোইরনা ফিংগা হণ্ডারগনি মাতুদি হৌজিক হাকফংগী মতুং ইন্না পুং হয়বা শব্দ অসি ময়েক থাইদোকতুনা যেংলিবদা পুং = পু + উ + ং = প + উ + ম ময়েক অহুমনা শাবনি, মতাং অসিদা অনুস্বার অমসুং ম অসি দ থোনথোক অমতনি "অনুনাসিক" শব্দনি। মরম অদুনা পুং হায়রগা পুম হায়বগা উচ্চারণ অমতা ওই। হৌজিক পুংগী

মমিং শিরসি "প"না পামেল, "উ"না মউ অকুগা "ম"না মখোল হায়বদি মফুং হায়বনি অকুনদি পামেল মউ মফুং কোৎথোক্লুনা শাবা মশকশু য়ুংবদা ইপোংপোংবা অসিদগী যন্ত্র অসগী মমংবু পুংকৌই। পুংহৌদোকখিবগী ৱারী

থাইনা লাইগী চাকতক্কা চীংঙু প্যাখংবগী মচা ইবুংঙো মোংয়াং চাওবা কোবা অমা নিংথৌ ওইহনা পাল্লমহ। নিংথৌ অসিনা চীংঙু সোবাবেলগী মচা অমা অরাইলৈমা কোবা অমা লুহোংহন্না লৌখিরমহ। মতম অসিদা মপা ইবুংঙো সোরাবেন্না মচা ইবেম্মাগীদমক অউন পোৎকা মশক ওৎনা পুং অম ঊনখি-রমই। লাইনা পীবা পুংনা হায়হনা পুং অসিবু "লাইপুং" হায়রগা খঙনরমই।

হায়রিবা পুং অদু লাই অউনা ৱৈনদে, মচাম্নুপী অনই লৈমনা ৱৈনবা পুংনি। মখোল অম্নক্কী মতিক চুংশি, অতংবা মীগী পুক্লিং চুনবা মশক্কি, মতিক ময়াই য়াম্না লৈ। অনাং অশোয়ই নংবা য়াদে। পুং অসিগী থাংদোক থাংজিন থৌগল তৌনবা মনাই অমা "লইনম্নু" কোবা অমা লৈরমই। নোংমা অসিগুম্বা থোদোক অমা থোকখি মতুঙদি মনাই অমা অদুনা খগী খোংকাপ লৈরিবৈদা পুং শোকউবে। মতমদগী পুং অদু মাংলে শিংজন্নদ্রে। মতু উবদা মপা ইবুংঙো সোরারেননা শাউরনা পুং পিররোই হায়রনা কেংরৌ থক্লা লৌখৎথরে। মচা ইবেম্মা অরাই লৈমানা পুং লৈত্রবদা অঙ ওৎলুম লৈরে। মপুক্কি চুংশুক

হুংজারে। মিংথৌ মোংয়াং চাওবনা মনাই প্রকাশিংদা লাইপুংগী মণক মতৌ মানবা পুং অমা শারে। হায়না সন। য়াথং পিথোক্কে নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না মনাই অমনা রাং কৌবা উ অডু য়ান্দুনা পুং অমা শাখি। মাদু তিংনবা মউনদি লাইরেল মউন্না তিংখি। লাইপুং অসিনা ইহান হানবা পুং হৌদোকখিবগী রাহিনি। মরম অদুনা ওসি কওবা মৈতৈ বাতৈদা 'রাংলেন পুং' খুনপুং হায়বগা থওনরিবা অসনি। করাউ পুং, খুনপুং, তানহৈপুং অসিনচিংবা মমিং মথং মথং কয়া লৈনরি।

পুং হায়বা অসি কন্নগীদমক শারিবনো, অমসুং শিজিন্নরিবনো হায়বদা তাল শিজিন্নবা হুংওাইনবনি। অদু ওইরদ 'তাল' কদায়বু কৌবাগে হায়বনচিংবা তাল শাস্ত্রগী অকুপ্পা বাকম কয়া চঙলকপা তারে অদুবু লাইরিক অসিদা তাল শাদু ওাক চবা লাইরিক নঙবনা য়াম্না বুপ্পা ইঙ্গরহোই চাউরাকপা অমত পানজলমগে? তালগী অর্থবু মতম হায়বতনি, মতমবু অককনবা চাং ওনদুনা তাকপবু 'তাল' কৌবা য়াই। মতমবু পুরান মরেন্দা "কাল" নত্রগা যুগ কৌই। মৈতৈনা যুগপু চক কৌই। মসিদ য়াম্না শাংবা মতমবু হায়বনি। মতম থয়া তেনবা চাংদা দাল কৌরুবনি। মসিদগী হেন্না বুপ্পা এতোমগুমনা কুপ্পা মংমনা পগাকুবা য়াই মাডুদি মীওইবনা তাকপা ঙম্বা নত্তে, মসিগী মমাংদ মৈতৈ অরিবা মমিংদা "কুমাত্রেং" কৌই, অসুকী মতিক কুপত্রে মমিং অসিমক্কা তাকাঙবু তাইথংপান পুন্নমক শীনবা থুংনা লেং লেং চৎতুনা লৈরবা কালগী শক্তিনি মসিনু লাইগী মমিং ওইনা

উপাধি পী, সনামহি কৌবা লাইবু 'কুমন্ত্রেং' হায়বা কোকোই অসিমক থোক্লিবনি। মসি বিজ্ঞানগী ওইবা বিচারদা খন্নবা তারবদি এতোমনি হায়বা য়াই। অসিগুম্না মতমবু য়াম্না কুপ্না খায়দ্রিবনি। অপোবা মতমবু মৈতৈনা "নাহুম" কৌই। "নাহুম"দগী খরামুক পোৎবু মিকুপ কৌই। তাল শাস্ত্রদা মতমগী অকুপ্পা চাংবু "মাত্রা" কৌই, মাত্রা কয়া মরুম্না তাল শাবকই। অদুগুম্না মৈতৈ অরিবা মরোল্দা "নাহুম" হায়বা অসি মাত্রাগী চাংনি হায়বা য়াই। মতমগী চাংগী মরমদা মীওইবগী আত্মানা পামলিবা মতম অদু পুকনিংদা থোদাবকই, পুকনিংনা ইন্দ্রিয়শিং হায়বদি জ্ঞান ইন্দ্রিয় মঙা, মিৎ, নাকোং, নাতোন, লৈ চম্পুং উনশা অসিনচিংবদা তাকলকই মথংদা কর্ম ইন্দ্রিয় মঙা খোং, খুৎনচিংবদা অমুক লাকই। মাদুবু শিংজিশিংনা পাঙথোকপা ঙমবা শক্তি ফাওবদা মথৌ তৌরবনি। অদুনা মীওইবগী শিংলিগী শক্তিনা ঙম্বা চাংবু "নাহুম" কৌরুবনি। ফোক শোংগী মাত্রা (নাহুম) অয়াম্বা মৈতৈগী ওইনা চৎনরকপদি মশাং তরেৎমা শাবানা নমই। মৈতৈগী তৎনখানবা য়াদবা তগ্রুদি তরেৎ অসিনি। মাহুদি যেক তরেৎ, চয়োল তরেৎ, মাত্রা তরেৎ অসিনচিংবা অসিনি। থাইনাগী ফোক শোংদা তালগী অদুক হকনা অকুপপা লৈরমদে, চুম্নগী ইনৌ নৌবা তাল মাত্রা অমদা শিজিন্নবনি নাহুম তবেংকী মবোল তর খেন দ্রু খেন চোং চোং

তরখেন্দ্র খেন চোং চোং — নাহুম মরিগী চাং।

# "মৈতৈ ফোক শোং"

# জগোই

## ( ফোক ডান্স )

হৌজিক পুংগী মতাংদা শমলপ্পা থর ইজব্রে মথংদা "ফোক ডান্স" মনাৎকী জগোইগী মরমদা থরদং নৈনজবা তারে। অহানবদা এখোয়না 'জগোই' হায়বা শব্দ অসিগী হৌরকফম অমত্তং কমদোনা মমিং থোনখিবনো হায়বগী মরমদা থন্নসি। জগোইগী অর্থ থোই-দোক্লা অরুবা নত্তে মৈতৈ অরিবা মরোন্দা জগোইবু "চৎকোই" কৌরমই নত্রগা নোঙ্গৈবা হায়নস্ত্র খঙনৈ। "চৎকোই" হায়বদি চৎ+কোই হায়বা ৱাহৈ অনিসিমা শাবনি, মসিনা তাকলিববু চৎ ধাতুদা "না" হাপশিল্লগা "চৎনা" কোই হায়বনা কোইনা কোইনা ( বত্ত ) হায়বদি 'চৎনা কোইবা' = চৎকোই হায়খিবনি। মসিগী ভাবত্তি তাইবংপান অসিদা লৈরিবা গ্রহ, উপগ্রহ, থা থৱানমিচাকনচিংবা পৃথ্বমক তাইবংপুগী মহোশা কোবা লাই-রেম্বীগী খোঙচৎ অসি অমগা অমগা চৎনা চৎনা কোয়বা ঙাক্তনি মসিগী অশন্ধা মরোন্দা চৎকোই হায়জবনী। অনৌবা মরোন্দা জগোই হায়রগা খঙনবনি।

লৈশেমলোন পূয়া পুরানগী মত মতুং ইন্না হায়রবদা তাইবং লৈশেম্বা মতমদা লাইপুথৌ মাপলনা লৈপাক হোনবা লাইনুরা তরেৎনা লৈপাক থাবা শেম্বা অসিনি। অহুনদি জগোই অসি

অনি থোকনা কংলে নুপা জগোই, নুপী জগোই অসিনি। লাইশিংনা লৈশেমহৌদা তৌরম্বা থবক অদুগী মতৌ মওং অদু মী ওইবনা শাবা অদুবু জগোই শাবা কৌই। শম্মা হাযরবদা মীগী মতৌ মওং তম্ববু জগোই শাবা কৌই। অশেংবা জগোইদি মহোশাগী মশা মশাগী থোকচবা শাথেক মওং মতৌবু জগোই কৌই। মতুদি রাহোংনা নোং মংলগা মপুরিং সুংঙাইদুনা চৈ থেক্কৎতুনা মশা ফন্দোকতুনা শাবা জগোইবু রাহোং জগোই কৌই। অদুগা রাহোংগী মতৌ তমদুনা মীওইবনা শারিবা রাহোং জগোই অদুদি জগোইশাবা কৌই। মহোশাগী লৈজরম্বা অদুগী মতৌ মওং তমত্তুনা করিগুম্বা মওংনা (মেডিয়ম) ওইদুনা মীওইবনা পুথোকপা অদুবু কলা কৌই। জগোই শাবসু কলা অমনি, মাগী নত্রগা পেংকী মতৌ চকচাং থোঙ থুং মীৎ-না অশিনচিংবনা মেডিয়ম ওইদুনা শাবা নত্রগা পুথোকপা অদুবু নৃত্য কলা (জগোই শাবা) কৌই।

লৈশেম জগোই অসি নুপা নুপী থায়না হায়বা তারবদি মথক তেকক ওই। মতুংদা নুপীনা শাবগী মওং অমসুং মমিং মথাদা পীরি।

১। লৈশেম জগোই।

২। লৈতাই জগোই।

৩। নোংদাই জগোই।

নিপানা শাবদা মথক অঙম

১। লৈপাক পেকপা (লৈপেকপা)

২। লৈপাক হোনবা ( লৈহোনবা )
৩। লৈপাক পিবা ( লৈপিবা )

জগোই মথল তরুক অসিনা লৈশেম জগোইগী অহানবনি। মসিগী মরম মথাদা কোক শোংগা কোয়া, চৎমিন্নরকনি। মরম অসিন, কোক শোং, কোক ডাল হায়বা অসি মশা মশাগা কোয়বা ওক্লনি মরমদি 'অসৈ' হায়বদা শরুক অহুম পুল্লিবনি মাদুদি মথক্তা হায়জগে। হৌজিক অনিশুবা পন্দুপতা কোক শোংগী হায়বদি মৈতৈ মনাৎকী ঈশৈ শুগাইনা কংবিগনি।

---

## অনিশুবা পন্দুপ

### কোক শোংগী হোরকফম

হৌজিক মৈতৈ মনাৎকী ঈশৈ ( কোক শোং )গী মরমদা মথং মনাও নাইনা ইজররুগে মাতদি মৈতৈ কোক শোংগী হোরকফম কদাইদগীনো, করিগা মরী লৈনবগে? অসিনচিংবগী মরমদা লৈশেম লোনগা মরী লৈরা পাঁজরি। ইবেংপুবা র—" লৈথক লথারোনগী মতুং ইন্না :—

তাইবংপানবা মপুনা অতিংকোকসিদবদা রাথং পাখিরমই নংনা অতিয়াসিদবা পুথখিদুনা তাইবংপানবা শেম্মুরো হায়না সিথরক্লে। অদুগী 'অসিবা' কোই। অতিংকোক গুরুসিদবনা অতিয়াসিদববু

পুথরক্তুনা তরংগী মথক্তা অমমবা সিদবনে, তাওপিরোইনাই কোদুনা থুঙমু মতুমদা মাঙদবা ওইনা তাওখৎলে। অতিংকোক গুরু সিদবনা সুঙমু অহুগী মথক্তা নিংথৌ "মহারাপ" কৌনা য়াইহিপ চাকচা তম্লে। সুঙমুকা তিনরকপগী সুঙকাং মহারাপ কৌই। অতিংকোক গুরু সিদবগা তাওপিরোইনাইগা অনি তিন্নরিবৈত্তা শকনবা অসে। (১)

ঈশৈ

সুঙক' লৈতে সুঙলৈতে, সুঙলৈ সললৈতে। সললল নল খা সুঙকালৈ, লাইরেম্বকি তিল্লিখোং লাইয়িংথৌকি তিল্লিকক" অসুম শকএ॥

মমুৎ (তত্ত্ব)

অতিংকোক গুরু'সদবগী সিলথোঙ ওইনবদি (খোদাকমদি) অতিয়াসিদবনে। অতিয়াসিদবা মহাকাত লৈচিননে, তাওপী-রোইনাইকি সিনথোঙ ওইনপতি অতিংঙানে, অতিংঙা মহাক্তি নোংসিৎনে।

মসিগী দার্শনিক ভাবার্থদি অসিনি তাইবংপানবা মপুনা অতিয়া অহাংবা অসি শেমই. অতিয়া অহাংবা অসি হেক লৈবগা সুংশিৎ পোকই হায়বনি। মসিদা শকনরকপা অসৈদি।

(২)

ঈশৈ

"পিতারেঙ, পিতারেঙ, করসং করসং।
সলসঙ লাইসঙ সম পিৎপিৎ॥" ॥ অসুম সকত্র॥

অতিংকোক গুরুসিদবকা, তাওপিরোইনাইকা অনিমক্তা অমত্তা ওইনা তিন্নরিবৈডকি মমিংদি "হুঁম সং-কুমলেন চিৎপিৎ থিকথপা" কৌএ তাওপিরোইনাইনা ওঁঙথি পোকএ মহাক্তি অসিপনে।

মসিগী ভাবার্থদি জুংশিৎ পোক্রবা মতুংদা মৈ পোক্লে, মথংদা ঈশিং পোক্লে। ঈশিং মমিংদি :—

(১) ওং চিরিং (২) ওং চিংখোম (৩) ওং চিরাক (৪) ওং চিরিৎ (৫) ওং চিতক (৬) ওং চিস (৭) ওং উন্নান্নি (৮) ওং চিথা (৯) ওং চিথম। মসিবু ওংকার মাপল কৌই। অসিপা মহাক্তি 'অ' নে। 'স' মুপী পোকএ মহাক্তি কুনচিলতু খোকপনে।

মৈগী মমিং মাপল

১। ওং মৈমুৎসং।

২। ওং তরিংঙাঙ।

৩। ওং ঙানতুহিং।

৪। ওং ঙানতুঙাং

৫। ওং সংভরেঙ।

৬। ওং কেমমুপী।

৭। ওং মৈহিংসং

৮। ওং মীৎতারং।

৯। ওং সং মুপী।

কুনচিলতুথোকপতি 'ক' নে। অসংবা পোকয়ে মহাক্তি সচিকনে। অপকমা সাঙথৈএ মমিংদি 'সংতরিং' কৌই। অকুপ্পা পোকই মহাক্তি "থাপা"নে অপকমা কুপথৈএ মমিংদি "সংথাকুপ" কৌই। অরিংবা পোকই মহাক্তি তাহুইরেংনে। অপকমা লাংথৈএ মমিংদি "তরিংহুই" কৌই। অঙাইবা পোকই, মহাক্তি যুমপিরেলনে অপকমা ঙাইথৈএ মমিংদি "তুকুপলেঙ" কৌই। অবোংপা পোকই মহাক্তি লাংয়েল সিদবনে। অপকমা লোংথৈএ। মমিংদি "খিং-খিং চুমনরোঙ" কৌই। অতোংপা পোকই মহাক্তি থবাল-পিচাক (থরালমিচাক) মিংথোসিদবনে। অপকমা তোংথৈএ মমিংদি "তোংকুপলেঙ" কৌই। অহুইপা পোকএ মহাক্তি তোং-চেংলেলনে মমিংতি সংথুপ মোংতংলে কৌই।

মিংথৈরোল (আকাশকী থরাচিচাকনচিংবগী মমিং)

১। সংতরিং
২। সংথাকুপ
৩। তরিংহুই
৪। তুকুপলেঙ
৫। খিংখিং তুমমারোঙ (সুমৎ)
৬। তোংকুপলেঙ
৭। সংথুপ হিংমোংতংলেং

## হীয়াই তরেৎমক্কী মিংথৈরোল।

(১) হাপোকপী
(২) য়াইপোকপী

৩। হীরৈমা
৪। য়াইরৈমা
৫। হীকুপী।
৬। য়াইকুপী
৭। য়াইসনাহা তরেৎ অসি পোকএ॥

## তাইবংপান না ওয়োম

( সৃষ্টিতত্ত্ব ৷ সৃষ্টি ক্রম্ )

### বিজ্ঞান বিভাগ।

তাইবংপানবা মপুনা অতিং কোকপু য়োমএ। তাইবংপানবা মপুগী মমিংদি "উম্ ওঁ য়ৌং" কৌএ। অতিংকোকনা অমম্ববু য়োমএ। অতিংকোকী মমিংদি ৬—ইফুংকোৎপা পলচিং কৌই। অমম্বনা ঙুংশিৎপু য়োমএ। অমম্বগী মমিংদি "উমাকক ওক কুক ওঁ কৌই। নোংসিংনা লৈচিনপু য়োমএ। নোংসিংকী মমিংদি "ইং হুঁ সংতরেও্ জযোমবা" কৌই। লৈচিনা ঈশবু য়োমএ. লৈচিনগী মমিংদি "উং লৈচিল পুনচিল পুনলেন লিক্লা পুলঈয়োমপা কৌই। ঈসংনা লৈপাক য়োম্বনে। ঈশং মমিংদি "লৈহিংসং ফুথোক ইয়াপা মীরিহিং লৈয়োমপা কৌই।

ব্যাখ্যা—মসিগী ভাবার্থ কারনো তাইবংপানবা মপুনং তাইবং শেমগৎলকপগী সূক্ষ্ম পদার্থ শেমগৎলকপগী অবস্থা নংগী তত্ত্ব বিচারনি মাদুদি—বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড অসিবু পুরিবা হংদুনদ য়োমলিবদি তহংং মপুনি হায়বান। অদুগুম্বা তাইবং মপু অদুনা অতিংকোক ইহাং হাংবা হতিং তিংবা কোরুব মহাকাশ

অসিবু মানা য়োম্লি হায়বদি ইবুংঙো মাগী গর্ভ মসুংদা লৈবা মহাকাশনি তাক্লিবনি। অসিংকোক্লা অমম্ববু য়োমএ হায়বদি অহাংবা অসি হেক লৈবদা অমম্বা অসিস্তু লৈরে হায়রিবনি। অহাংবা অমম্বা অদুদগী মুমিৎ পোক্লে, "নোংশিৎনা চৈচিংপু য়োমএ" হায়বদি মৈতৈরং পোকই হায়বনি। মৈনা ঈশিং পোকই, ঈশিংদগী লৈপাক পোকই। মরম অদুনা ঈশিংগী মিংথৈরোনগী মমিংদা "লেয়েমপা" হায়রিবনি।

তাইবংপানবা মপুগা মমিং থারগা পঞ্চ ভূত মঙাগী সুক্ষ্ম নাম

১। ডম্ অং য়োং ( তাইবংপান মপুগী মিংথৈ )
২। উম্ ইফুং কেৎকা পলচিং—অতিয়া আকাশ
৩। উম্ কিক ঙক কুকচ—অমম্বা—
৪। ইং হুঁ সংডরেঙ লিয়োম্বা—মুংশৎ
৫। উং লৈচিল পুনচিল পুনলেন লিক্লা পুন ঈয়োমপা—মৈ
৬। লৈহিংসং চিফুথোক ঈয় পা, মীরিংহিং লৈয়োমপা—ঈশিং
৭। লৈপাক

## মালেম লৈশেম্বা ( স্থূল সৃষ্টি )

অতিংকোক গুরু সিদবনা চৈবাক শেমগে নিংজক্লে মচা মপা অতিয়াসিদববু কৌথোকতুনা হংই। নঙগী নপা কনানো? মচা অতিয়াসিদবনা খুমকই "ইপাদি নঙনে।" মাদুদা গুরু অতিংকোকনা হায়খি তোনা নঙনা ইপাবু মশক খঙলবদি নঙ লৈপাক শেম্মুরো শিন্নকই মাদুগী "অমংপা" "অসিবা" কোই।

অতিয়ানা মাগী নুংসাসোরবু ভাবেল ওইনা ফুমহুনা নুংসাসোর য়েৎলোমদগী "অসিপা" বু ও লাও হায়না কোথোকতুনা ঈশিং তরং ( আপ ) তাওথোকলে। নিংসা ওইরোমদগী কুনতিলতু থোকপা ইনথোরকলে। অদুগী তুংদা অতিয়ানা লৈবাক অসিবু করমনা শেমসিবনো হায়দুনা নুবংনা লৈরিবৈদা মপুকনিংদা রাথল অমা নীংশিংলকলে। "ঐনা তৌরিবা অসিদি ওইরোই গুক তান্না কারগে হায়দুনা গুকগী নাক তান্না কাখিরমই। অতিয়াবু গুকনা কৈদৌবা লংকপনো হংলমই। মাদুদা অতিয়ানা খুমজখি" গুকনা লৈপক শেম্মু হায়বা অদুবু ঐহাকনা মুংপওলে" গুকুগী শক উবরস্থ উদ্রবস্থ যান্না কিবে। গুকগী মতিক খজিক্কা খওজনিংই। ওাকপিযু হায়না খুকমলে। মাদুদা গুকনা হাই, "ঐগী ইতিকপু খওনিওলবদি য়েউ হায়দুনা ময়া কাখোরকই। গুকনা ময়া কাখোবকপদা অতিয়া সনবনা গুকগী মবুক মপুংদা লৈবিবা খিবিক অদু উরে। মাদু উবদা অতিয়াসিদবনা হকনা কিরে, খুমজিনবিবো হায়জবক্কুনা, গুকনা ময়া হেক উমসিনবদা গুকগী মপুক মপুংদা লৈরিবা খিবিক অদু লোথেংকে হায়দুনা, গুকগী মবুক মপুংদা হুনচিনখরে। ত সাইগী মপুক মপুংদগী অদু খিবিকপু হে ইদোকে নীংদুনা

হোইরৌ } "আ ( ত ) ঈশৈ।
ঈশৈ } "আ হাই হে, হোইরৌ, হোইরৌ, হোইরৌ নাবে সে– এ॥"

হোইরৌ অসি শক্তুনা হোইদোরকলে। অদুদগী ঈশৈ অসিনু হোইরৌ ঈশৈ কৌই।

হোইদোরকপা অত্তুবু তারক্লুনা গুরুনা মতোমতগী মপুক মমুংদা য়েংশিনখিবদা অতিয়াসিদবা লৈরম্বা অদু উরে। মাদু উবদা গুরুনা অতিয়াগী মপুকনিং খঙলক্লুনা য়াবিরগে খল্লক্লুনা গুরুগা মশক্তা চপ মানবা অমা পুখোক্লনা হায়রগী গুরুগা মায়-য়োকননা কমক্লুনা লৈরে। অদুগা গুরুনা ময়া কাখোরকলে। গুরুগী মপুক মনুংদা লৈরিবা খিবিক খোরকপদ গুরুগী মমাঙদা অত্তোপ্পা গুরু অমা লৈরম্বা অদু উকরে। "হিঃ ঐখোয়না খঙপা ঙমিবু নংতরে। গুরুদি অঁসদতম লৈরে হায়ক্লুনা ওমনা খোরক্লে। গুরুসিদবনা হা খোরকপা অদুখিবিকপু হায়া ঈশৈ কৌই।

হায়া ঈশৈ। (৪) হায়া ঈশৈ।

"আ হাই কে, হায়া হায়া, হায়া, হায়', হায়া নকেসে॥"

অতি'কোক গুরুগী মমিংদি "সহ, হস" কৌই। অতিয়াসিদবগী মমিংদি—"হিং ক'রে, ২ হোই হে কে কৌই।

গুরুগী মবুক মনুংদা লৈরম্বা খিবিকনা হাদোকয়কভৈগী অশৈ

## (৫) ঈশৈ

"হো হোই হা হা হা, হোই হোই হা হা হা॥
হেরিল লিল্লা হেরিল্লা হেরিল্লা হায়যুতেখুল্লাইতে।
হৈয়া হে হৈয়া হে, অদুবু থোইনা হারাওবা
লৈবানেদা! হো হে, হো হায়া নকেদা॥"

হারাওনা থোরকউৈগী অশৈ শকনরকপদি অসিনি ॥

গুরুগী মবুক মনু'দগী হোইদোরকপা মহাক্কি থবালপিচাক অপক-মাগী মামুং খিবিকনি। মামুৎ মহাক্কি অতিয়াসিদবনা য়োমলে, য়োমবগী মমিংদি "হ স" কৌই।

গুরুসিদবনা অতিয়াসিদবদা লৈবাক সেমলুরো হায়বগী মতুংইন্না কুমথরক্লুনা ঈশিং তরংগী (আপ) মথক্তা অতিয়া-সিদবনা মথননতগী নিংসাসোর কামথোক্লুনা নোংলৈগী মসক থোরকলে। নোংলৈ অহুবু সনা তাংপল ওইনা মথক্তা কমহুনা লৈপাক অসিবু করম শেমসিবনো হায়দুনা নুংবংননা লৈরিঙৈদা গুরুনা উরহুনা মাগী মপুক মনুংদা চঙশিনখরে। অতিয়াগী থম্মোই থজিন্দা তন্দলগুমনা লৈরে। অতিয়াসিদবনা লৈপাক সেমকম থঙদহুনা রাখল থোকতনা লৈরমবদগী মবুক মনুংদা য়েংশিন'খবদা "হিঃ ইতোমতা নত্তে" অমাশু ইপুক মনুংদা লৈরম্লে হায়দুনা লৈবাক শেমনিনমসি লাও হায়না কৌথোকলে।

মবুক মনুংদা লৈবা গুরুনা খুমলকই "নং নথননদগী ফংফম ফাওবা লৈতবি ঐবু কদাইদা কন্মু হ য়রবগে?" য়াহৈ অসি তাবদা অতিয়াসিদবনা কদাইদা ফমহনসিগে হায়দুনা রাখল চৌরিঙৈদা মহাকপু খঙহন্দনা গুরুসিদবনা মকোক কয়াই লেম্ফদা মথকলোমদা "হুঁচিরং" কৌনা চুনগৎখিবদা মকু উৎথোংকুমপা (উংমানবা) মকু মকু (উচেক মকু) পোকলে মকুগী মমিংদি "কুরংমাকুহিং" কৌই! মকু অহুদা গুরুনা তোংদুনা মপুক মনুংদগী অঙালবাবু চিংথোক্লুনা অমমবা মহাকপু থংঙাল ঙালদোরক্লে।

অঙানবা অদুবু অ'তিয়া'সিদবনা উরদুনা মচাক্কী মপুকমদুংদা য়েং-শিনখিবদা উদরে। মাদুদগী ইপক্কা ঙানদুনা লৈরিবা অসি এগী ইবুক মমুংদা। কৈরম্বা অদু শোয়দনা ওইবমকপগনি হায়দুনা অ'ত-য়াসিদবনা তামনরকলে। গুরু ওইদুনা কৈরমলে মাদু উবদা থুকংলে। গুরুনা করিগী থুরুমখিবনো থুরুমগদবা নপুকতগী মচা অদুনি হায়না থুমই। অ'তিয়াসিদবনা হায় "ঙসাই ইবুক মমুংদা লৈরিবদি থঙজকোদরে। ইচাগুম * ইপা অরিবনে। গুরুনা লৈপাক সেম্মু হায়বা অদুবু করমনা শেম্মু হায়বগে হংএ। গুরু-সিদবনা তাইবংপানবা অপক মাবু মমুং ওইলবা তাকপিগে। লঙ-চক্কুনা মমিং "হু সং তারিং" কৌনা খোং বিরক্লে। পরিং কাংসং উরেং লাইসোন সিঙকাপ মত্তামকদু তমপিরক্লে। মাসদগী হেন্দোক্তুনা "গুরুসিদবনা অ'তয়া'সিদবা মংদা নোংপোমরোল শেম-বদা মকু অসি তাংজো হায়না শিংরমলে। অদুদগী অ'তিয়াসিদবনা আসাইগী মকম অদুদা কুমথরকদুনা গুরুন তাকপিরকপা লাইসোন অদুবু "ঙ" লাওনা সোন্দুনা "কোংগোল" অমাম্বা পোকলক্লে। কোংঙোলগী মমিংদি "বুং" কৌই। "য়েং" লাওনা সোন্দনা ঈসং অয়াম্বা পোক্লে। ঈসংগী মমিংদি "ঈচিংসং" কৌই। ঙ অহুমলক সোল্লকপদা কংবা কাংচাও পোক্লে। কংগী মমংদি "কং চিংলেন ঈকুপ্প।" কৌই। কংগী মথক্তা অ'তিয়াসিদবনা মিরেলগী লাংবুম্ব। (মিরাংগুমনা) লাংসং হুল্লে। নোংপোক লোংচুপ খা অরাং লাক্কুনা পরিং হুল্লে। লৈপাক্কী মমি চিথোক মারথকসুং লাক্লে।

* ইচাবু পাংম কৌই মসি অথ ইগা অরিবা হায়নন।

পরিংগী ময়াইদা অতিয়াসিদবনা উয়ুং ওইনা মখোঙ কারলয়া ফমলিভৈদা (যোগাসন) মপুক নিংশিংলকতুনা মথকলোমদা য়েংখৎ-খিবদা নোংথোগী মমি লাক্লে হায়দুনা মকুগী মথক্তা হুইরিগুম হমগৎখরে। অদুগা নোংথোগী মমি লাক্লে। অতিয়াগী মমি দি "সংকুসংসং কুরেঙ" কৌই। নোংথোগী মমি অসিদা লৈবদি "কুরুমলেন কিংচৈপা" অমনা "কুরুমলেন সাচৈপা" ওক্লে য়া অমনা "কুরুমলেন মৈচৈপা" অহুম অসিনা কোননা থোরিওইনা লাক্লে। অহুম অসিগী ময়াইদা থরানপিচাক নিংথৌ সিদবানা (ধ্রুব তরা) ঊয়ুং ওইনা মমিং 'নোংচংলেং ঙাকতুরেঙ" কোননা লৈ। অতোপ্পা মমিং অমনা "তোংকুপলেঙ" কৌই। মপুক মচুংতকি মামুংথত 'তলতুমলেন মৈ চাইপা" কৌই।

অতিয়া সদবনা অসাক্লগী লাংসংগী ময়াইদা কৎথরকতুনা মখোঙ কারলয়া ফমলিভৈদা সুঙমু মতুম অনিথক ভাউথৎলক্লে অমদি খাউ য়াই থম লৈএ, অতোপ্পা অমনা খুৎলু-খুৎলাই থমলৈএ অদুদগী লৈবাক শেমগে হায়দুনা মতাকী ঙাঙল ওইনবা পোক্লে হায়না নিংলে। হুমলেন নোংসিৎকা, হামজেল লৈচিলগা অনি-মকনা মতু মরা ওইনা খুঙনারে। ঈশিং তরংদা পোকপদি (১) কারি (২) কারা (৩) নোংদম খুবা (৪) নাংয়াই মরিঙনবা (৫) চাওরা মপাল দিবা (৬) তরাথোইসুচা (৭) 'পসাত্তাও তরেৎমক পোকলে। চাওরা মপালথিবনা ঈশিংদা তাউরিব খিবিক খোমজিন্দুনা নোংয়াই মরি ওনবনা পরিং লমমক কোলচৈরে। অসিবনা মমিং "ঈককঙরিং" কৌই।

**সারেং পোকপা ঃ**—সিঙকাপকী মথক্তা সারেং য়াংপা পোক্লে। সারেং য়াংপগী মমিংদি 'ভাগী নিংথৌ মেহলনাহ তারৈ পা' কৌই। মেহলনাহ তারৈপানা নিঙকাপ ওইখৈএ। অদুগা অতিয়াসিদবনা মখেই ইদৌদা উয়ুং ওইনা ফমলে। লৈপাকতি করিদগী লৌসিবা হায়তনা অতিয়ান' য়াখল খোকতনা লোয়রবা অত্র উরব্রুনা গুরুনা ঈশিং তরংগী মথাদা লৈথখরে। ঈশিংগী মহুংদা থেংকু পোকলে। থেংকুগী মমিংদি "কুকতিকতা থিংকুরং" কৌই। থেংকুগী মথক্ত গুরুনা ফমলে। অতিয়া সিদবনা হুংবংনবা অদু মিঙসিংলকলে। ঈশিংগী মথাদা করি লৈবগে য়েংগে হায়দুনা লৈ য়কই গুরুসিদবা লৈরমবা অদু উরদুনা থুরুমই। গুরুসিদবদা কেনৌবা কুললক্লপনৌ হংলনই। অতিয়াসিদবনা থুরুমংা হায়জররকই 'লৈপাকী মপুদি নংনে হায়দুনা লৈপাক নিগে লাকপনে, লৈপাক পিনৌ হায়না থুরুমই। মদুদা গুরুসিদবনা তাকপিরকই" নংনা লৈপাক লোগে হায়রবদি মথুং নতুংলোমদা থমলগা ময়ানা চিকহুত ইথে ইদগী ( নাভি ) পুঙং ছাইথোংনংলুক মরুম পুজখো হ য়রকই। অতিয়ানা গুরুগী খোইদোদগী খোংদোকতুনা পুঙংছাইখোংলংলুক মরুম লৌরে। লৈপাক লোইভগী মমিংদি "থোইরৌ লোখোং" কৌই। অতিয়াসিদবনা মথুক্তি তুংলোমদা ওনথোক্ত,ন ময়ানা চিকনা পুথংলক্লে। লৈপ ক পুথংলকভগী মমিংদি "লৈরংলেন লৈপুব" কৌই। গুরুসিদবনা অতিয়া সিদবদা লৈপাক শেমনবা থেংকু পাবরকলে। অতিয়া সিদবনা থেংকু তোংলে। থেংকু মমিংদি 'তিকতা লৈতোংলেল লৈথংপা" কৌই। থেংকু তোংদুনা অতিয়া সিদবনা

পরিংগী মখোইতা থুংলরে। অসিববু থেংকুগী মথক্তা লৈপাক অহু তাথোকহন্লে হায়বদি শিন্দোকহল্লে। অসিবনা লৈপাক তাথোকখৈগী মমিংদি "লৈরংলেন লৈতকপা" কৌই। লৈপাক অহুদি হাযৈ মপাক মরুমতা পাকএ। চিথেক মরিমক্তা লৈপাক ঙাকপদি (১) শিসাতাওনা নোংচুপ ঙাকই। (২) কারিনা খারম ঙাকই। (৩) কান্নানা নোংপোক ঙাকই। (৪) নোংতম থু-পানা অন্নাং ঙাকই। অতিয়াসিদবনা ময়াইদা উয়ুং ওইনা ফমলিখৈদা অসিবগা তাননদুনা (১) য়ুহানে, (২) য়ুচেংনে, (৩) থারানে অমসুং (৪) চেংঙানে মরিমক অসি পোকলে।

তাইবংপানবা মনুং ওইনপা অতিয়াসিদবগা কুনচিল তুথো-কপগা ন্নাতান্নদুনা মুংসিৎ হারাপা পোকলে। লৈবাক অহুবু মুংসিৎ হারাপনা য়ৈথায়রে। লৈপাক মহাক্তি লৈচিল ওইখ্রে। অসিবদি মুংসোলকুমনা খাঙলে। অতিয়াসিদবনা অসিবগা তান্নচোক্লুনা অমরক সেমহোরে।

অসিবনা মাগী থুয়াদগী মুরা তাথোক্তুনা "ঙাপ্রুম" পোক্রে। মমিংদি "হুং ঙারেল" কৌই। অতিয়াসিদবনা ঙাপ্রুমগী মসোক্তা তোংদুনা গুরুগী মনাক তান্না চঙখরে। গুরুনা কৈদোবা লাক পনো হংলমই। অতিয়াসিদবনা থুমজরকই "গুরুনা লৈপাক পীবিবা অহুবু হারাপনা অমরক মাঙহনলে, অমুরক্তা লৈপাক পীনবিয়ু" হায়না থুরুমলে। গুরুনা পুমুংঙাচৈথোংলংলুক মরুম পীবিরকলে। অতিয়াসিদবনা পুরকলে। মমিংদি "লৈপুরেল" কৌই। পরিংগী মথোইতা থুংলরে। লৈপাক অদু অমুরক তন্না সেমলে। লৈপাক মহাক্তি হাযৈ মরুমদা পাকএ।

য়ুহানা নোংসিংলম ঙাকই য়ুচেংনা মৈরম ঙাকই, থাম্বানা লাইচিরম ঙাকই, চেংঙানা লিকলম ঙাকই (চিংথৈ)। লৈপাকী অতিয়াসিদবনা উয়ুং ওইনা ফমলে। অতিয়াসিদবনা অসিবগা তান্নচনা মবিঙাবিগী মপাঙ্গল ওইনপা (১) লৈখোম ভাওনে, (২) নোংখোম ভাওনে, (৩) লৈসা ভাওনে (৪) নোংসাভাওনে মখিমক অসি পোকলে। অতিয়াসিদবনা তাইবংপানবা মচুং ওইনবা কুনচিলতুখোকপাগা অমুরক তাৱচনা হারাপানা লৈপাক চৈখাইবা অত্ত শেমগৎনবা অতিয়াসিদবগী খুয়াদগী তাথোকতুনা কোবী তীল পোকলে। কোবীগী মমিংদি "লিপি কোপি" কৌই। অদুদগী অতিয়াসিদবনা কোবীদা পাখোল শিথয়ে মদুদি গুরুগী মফমদগী লৈপাক পুন্‌সিং ইথোংলংলুক মরুম পুরকউ হায়খি। মদুগী মতুং ইন্না কোবীনা গুরুগী মফম তান্না লাকলে। কোবী উবদা গুরুনা হংখি "কোবী নং করিতৌবা লাকপনো" মাহুদা কোবীনা থুমজখ "নচা নিপা অতিয়াসিদবনা লৈপাক অমুক শেমনবা লৈপাক থরগা লাইসোন অমগা তাকপিরকউ হায়চুনা লাক্রবনি" গুরুনা লৈপাকস্থ পীবিরকলে, লাইসোন অমস্থ তাকপিরকলে। কোবীনা অদুদগী লৈপিতোমসোল মখিল ফাৎনা কাখ লকলে। অতিয়াসিদবগী মফমদা পাওদমলে। লৈপাকস্থ পীরে, লাইসোনস্থ পাকপিরে অদুদগী অতিয়াসিদবনা লৈপাক অত্ত আসবদা পীরে লাইসোন অত্ত শোনদুনা অমুক লৈশেমমো হায়রে, মাহুগী মতুং ইন্না অসিবনা লাইসোন "লৈপিতোমসোল নপক্না" হায়না শোন্দুনা লৈশেমনবা খোরাং তৌরকলে, মতম

অসিদা হানাপা নুংসিংনা অমুক থুগাইনবা থৌরাং তৌরে। মাদু গুরুনা উরদুনা গুরুগী খোইদোৌথাদগী খোইনৌ কৌবা মিৎ-নাহানী মসককুমনা গুরু মাগী মিৎলুরোমদা কৌথোকলে। মমিংদি "তারৈ তারৈ মিৎয়েংসেল মিমি মিৎয়েংসেল" কৌই। অদুগা গুরুনা হায়রকই খোইনৌ মিৎয়েংসেল ও। অতিয়ানা লৈপাক সেমবদা সেমফাক্রিদ্রিবদা হয়া হয়া য়েথাইবা হারাপা অসি নংনা কাউহন্লো হায়দুনা গুরুগী খুৎনাওতা তোংহলদুনা থাংগৎলক্রে। নোংথাঙলৈমা কৌরে। নোংথাঙলৈমাদা গুরুনা হংলে "খোইনৌ নোংথাঙলৈমা নংনা য়েংবদা করি লৈবা উবগে?" খোইনৌ নোংপাঙলৈমন খুমজরকই "গুরুসিদবা এনা মাইকৈ মরি লৈদুনা য়েংবদা করি থোইদোকপা উদে, মপুক কনজাওবগী মসক অমদি উগ মসিবু কনানো?" হায়না হংজরকপদা গুরুনা হায়এ "হে খোইনৌ ও। নংনা উরিবা অদু হারাপা হায়বা অতিয়াসিদবনা লৈসেমবদা হয়া হয়া থুগাই হায়বা অদুনি। অদুনা লৈপাক য়েথাহবা মহৌ মহৌ মাঙহনবা মাবু থামহনগে হায়দুনা নংবু থাকথোকপনি (পুথোকপনি)।" গুরুগী য়াথং তাবদা খোইনৌ নোংথাঙলৈমনা মৈরিকী ফিজেৎ শেত্তুনা গুরুদগী চোংথোকথরে। অদুগা তরংগী মথক্তা তকুপ তকুপ তরেং তরেংনা ঙাম্না শানন লৈরে খোইনৌ নোংথাঙলৈমনা তরংগী মথক্তা শাননবা অদু আসাহগা হারাপা লৈপাক চেথাহগে হায়না নীংলিবা অদুনা উরে অদুগা মপুকনিংদা থল্লকই "হিঃ করিনো তরংগী মথক্তা তকুপ তরেংনা ঙাম্না শাননরিবী নিংথৌবী অসিবু করিদগী থোরকপনো করিগী

শাননরিবনো হংগে হায়গুনা চঙশিল্লকই।" অতুগ অসুমনা হায়রকই "মুলতরংগী মথক্তা মৈরাগী মতৌগুম্না ওাগনা শাননবিপী নংবু পাইমা ওইনা হুংচঙপী তিল্লাংখোইদাবীবু খোকলরে, পেম্মা নংবু কনানো? মাহে অসি ভাবদা লাইরেম্মনা খুমজরকই—

(৬) ঈশৈ

"হোইতা হে মহাপা অপিচা,
লৈকুমকম খোইচোপ্পা.
লৈরাই মরুম খোই হাইপ্পা,
লৈতুম হুম্না পাউ শাব ও!
ইপল পুল্লাং কাইরেতা,
পুল্লাং লুরোই কাইববু
সিংলমগোই হাইপরা?
ইপলমপু হাইপমে সিংলম লাও।"
হাম্নাপানা অমুক পাউরোএ।

(৭) ঈশৈ

"প্রৈতি পেম্মা নংপু হুলতেতা
লৈপাক সংতা লৈবীও।
কোরকালতা কমতুনা ননম নোংসা য়াইপীও।
চোমকাই তোইসেমপিপু হুলপনে।
হে পেম্মা নিঙথিপি ও।
খিংখিং লোচসে পালমা লোচসে।"

খোইনৌ নোংখাঙলৈমনা অমুক খুমই :—

## (৮) ঈশৈ

"হে ইপু' নহাপা ও !
য়ারোৎকি সন্তাইনা মচিন কেকরু খোকত'রু
ললঙামপুংগী কাকৈনা মানা-হুমাই স'তরিএ,
*তোকফমতকি ঙাম্না খোইচু তোম্রোক চিন্ত'রএ,
কোংপৎকি ঙাখানা চেঙকোই কানক নকতরি, ।
শুকনা মহৈ য়ালতরি, য়াংকোকনা মপাল সাত'রি,
নো'মৈ লৌচরো ।"

অন্থুম্না পাউবোন'রিবৈদা আসাই লৈপাক অত্থবু অতিয়াসিদবনা অসিববু শেমহনবা লোইরে। লৈপাককি পলচি মরিমক্তা' চুক-সে' থারে । চুককি মমিংদি লিকলম (কৌব্র')দা হুরৈপালনে, মিৎলমদা (চিংখৈ) যুবে'পানে; মৈরমদা উসিংপানে, লাইচিরমদা উরোইপানে, কারলগী ময় ইদা অ'সবনা ঙালতুরেঙ. কোনা সেংওইনা ফমলে । অতিয়াসিদবনা উযু'গী মথক্তা কপতু ওইনা লেংলবগী মমি'দি 'লৈতুরে' নোংত'লে'পা" কৌই । তুনা লেংলে, অত্থুগা অমরক নো'য়াই মরিওনপা, চাওর মপাল'থিপা' অ'নমকনা পরিং অমরক থারে । লৈসা তাওনা নো'চপ ঙাকলে । নো'সা তাওনা থা ঙাকএ । লৈখোমতাওনা নোংপোক ঙাকএ। নোং-খোমতাওনা অরাং ঙাকএ। মখোয় মরিনা ঙাক্তুনা ঙমলে ।

*তোকফমতকি = কোকফমদগী ।

অস্থমনা ভাকলবা মতুংদা অতিয়াসিদবনা "হে হারাপা ও হৌজিক অমরক নংনা নিঙপগী মখৈ তৌ ও।" অস্থম হায়রকপদা হারাপনা খুমলকই—"হৌজিক্তি এনা তৌবা ঙমলররোইএ।"

পাউরোনবা অসৈদি

## (৯) ঈশৈ।

"রাকথুরুপি ও মৈকাম ও, ইচিলতুমই কামকতে।"

অস্থমনা পাউরৌনৈ এ। অতিয়াসিদবনা অমুক হায়রকই "থেংকু ও লৈপাক অ'সবু ময়ুং মঙাল চ'ঙনবা লেপাক থানব লৈরোল অমা সেমগে, ন'পুরো লাও" হায়রবদ' থেংকুনা খুমজরকই "এনা পুবদি মতিক চাদে পুবা ঙংলোই অহুনা এখোই তান্নহুনা পাকল তো'কলেল লিশিংপানবা পুথোকসি।" হায়না খুমলকই মসিদা পাউরোনবা অসৈদি

## (১০) ঈশৈ।

"থিংকু ও নাহাপাও, হনমপোললে পোলকতে।"

অস্থম শকই। অসিগী ভুংদা অতিয়াসিদবনা অসিবদা হায়রকই, "অসিবা ন'গা থেংকুগা তান্নহুনা পাকল তোকালল লিশিংপানবা পোকলে।" হায়বগী মতুংইন্না মখোই অনিনা পাকল তোকলেল লিশিং পানবা পো'ক্লে। মসিদা পাউরোনবা অসৈদি

## ঈশৈ (১১)

"অথিঙ কোরে, খিঙকোরে, খিঙকোলাংবৈ খিঙকোরে।
লাইরেল কোকপা খিঙকোরে॥" অমুম সকই।

মৈরোল অমদি লৈপাক পুখৎনবা গুরুগী কমপিনে, থেংকুনা লৈরোল অমা পুই। লৈপাক পুবা থেংকুগী মমিংদি "কুরুতিক্তা থিংকুৎ লৈপুখা" কৌই। থেংকুকি মনাক্তা লৈবদি—লৈনুংথোমসিংবপ, লাইরেল পরেংঙপেৎপা, থাবা, নোংঙাইমচিওন মরি অসিনে॥ অতিয়াসিদবনা গুরুগী মনাক তাম্না চৎথরে, লৈবাক মবোল অম সেমলে হায়না তমলুরে। অদুগা লৈপাক মপুং ফাবা মমদে মবম অদুনা গুরু থুরুমগুগে লাকচবন হায়দুনা গুরুগী থুমাদা থুরুমজরে। মতুংগী গুরুনা অতিয়াসিদবদা নোংপোমরোল মাপল অমমুং লেপা ক লৈবোন মাপল অমুক শেমনবা লাইসোল অমম্তু তাকপিরকলে।

অদুগী অতিয়াসিদবনা মরু তোংদুনা নোংথৌ মরোল অমা সেমলে। নোংথৌ মরোল অসিদা লৈবা সোরারেনগী মমিংদি "ভুংঙাঙ তারপ, পাহিংঙাঙ তারংপা, তুহিংচি তারংপা, তুকুপলিক তারিক তুখংতারক, ঙাঙহকপ, তুখংলিক,—কুংকুচি, তুখং রিংকুমতার তবেৎমক মনাক্তা পকনা লৈপদি "থংথিং কুপরেং চুমনরোঙ॥"

অদুমক সেমলু কা অতিয়াসিদবনা অসাইকি মকম পরিংগী "মথোংদ" হায়কদুনা মথোং কারননবা কর্ণলৈদা তিল পোককে নিংলকলে। পাফল তোকলেল লিশিং পানবনু কেরকই "এখোই

অনিগী পাঙল ওইনবা পাকল নংনা তিলপোকউ হায়রে। পাকলনা মথাগী তিল মঙাসি .প ক্লে।
(১) তিল্লিরেল (২) লাইখিরেল (৩) থাকিরেল, (৪) লিসতাওরেল (৫) লাওরোইনাই। অমুকস্তু মরি অমা পোক্লে:—(১) তিলমুরেল, (২) লাইমুরেল, (৩) তিলঙৌরেল, (৪) তিলভাভলেল অসিনি।

অসিগী মতুংদা অতিয়াসিদবনা পাকলগী মথক্তা কৈপাক লেমগে হায়দুনা পাকল মহাকপু লাইখিবিনা লিরোল লোক্লে। লিরোলৈগী অসে।

(১২) ঈশৈ

"পুরুমামা লিথাও শাক, থংথং চিংতুনা,
নাতৈ অনিমককি মংগা চুশিললবে
হাঈবকি কাকয়েল থুজিন চুচ॥"

অসুম শক্তুনা পঙফকসা, থাংচেন ফকসা, হৈকোই ফকসা, লাইয়েং ফকসা, চকশি ফকসা, লিথাং মাথং কৈরোই য়ুথং, লিরোল খোইরোল, লিসি খোইসি, লিপু খোইথু লিকাখোইফা, লিসম-খোইসম, লিতিন-খোইতিন, শুনা-পাৈর, লংথুরৌ লোইনা তিল্লবদা অতিয়াসিদবনা পাখলগী মথক্তা লৈপাক লেমগে নিঙলদুনা "চাঙাল চানিঙ সাপাপু" সারদুনা পাকলস্তু মপুংকারে। পাকলগী মমংদি "তিলসংতিলপুকথৈ তোকতারংপা চিকিংসনা য়েংরাইপা" কোই। অদুদগী অতিয়াসিদবনা থোকুনু কৈরে। থেংকুনা য়েংলোমদা, পাকলনা ওইরোমদা, অসিবনা মরাইদা অহুমমকী মথক্তা অতিয়াসিদবনা তোংখংলদুনা পাউরোনবা অসৈদি

(১৩) খিংকুনম্বোল ঈশৈ।

"খিংকু নমপোল নোই নোই,
হয়াই থাঙপাক মথাঙপাক
চেঙপি লোইয়া ময়োইয়া ॥"
লম্নোই খালোই খাচিকনা,
খাচিক খাপাঙনা ।।"

অসুম শকতুনা থেঙ্গুনা পুবা লৈরোল মথক্তা পাকল থারে। পাকলগী মথক্তা অতিয়াসিদবনা থেঙ্গুগী নাওকম অছু পুখৎলক্কুমা "অসিববু" পাকলগী মথক্তা লৈরোল অমা শেমগল্লে।

পাকলনা পুবা লৈরোল অসিগী মনাক্তা ডাকবদি :—

(১) চক মরিংপা—নোংচুপ ডাকই।
(২) তাংমরিংপা—খারম ডাকই।
(৩) মুংমরিংপা—নোংপোক ডাকই।
(৪) পামরিংপা—অবাং ডাকই।
(৫) ভুমা-হাপা—লিকলম ডাকই।
(৬) ভুমরিংপা—মিৎলম ডাকই।
(৭) মালচিপা—মৈরম ডাকই।
(৮) হাইসপা—লাইচিরম ডাকই।

অসিগী ভুংদা অতিয়াসিদবনা লৈপাকী ময়াইতা মথোং কায়নবনা কমতুনা "পিসাতাও ও। লৈপাক মকুং ওইনবা নিংসিংঙু" হায়রবদা লাইগ্লংপিসিলমুকা য়াতানলতুনা ওককা, সামুগা পোকলে। অদুগা অতিয়াসিদবনা "অসিবা লাও! তাইবংপানবা অসিখিবিকপু

নংগীনি, লৈপাক অসিগী মং সেমলোয়াও, ইকম অসি ফমলো-য়াও" হায়না সিয়রে। অতিয়াসিদবদি আসাইগী মকম অহুদা কাখরে।

লৈরোল অমদি ওহনা পুইএ। ওকী মথক্তা পাকলগী নাওফম থারে। ওকী মমিংদি "থুকচিং খিকসো" কৌই। মনাক্তা লৈবা লাইদি —

(১) সুরাই নিঙতোংপা।

(২) চাওর-মপালথিপা।

(৩) লৈফুং পিসিলসু।

অহুম অসিনি। ওকু সাযুক পোকচৈগী অসৈদি

## (৭) ঈশৈ

"মিৎতারেঙ মিৎতারেঙ করসং করসং
সলসঙ লাইসঙ সমপিৎপিৎ ॥" অসুম সকএ।।

অসিগী ভুংদা অসিবনা মকু তোংচুনা মথকলোমদা কাখরে নোংথো মরোল অমা সেমলে। মরোল অসিদা লৈবা সোরা-রেনগী মমিং দ "মিরুক 'হং হিং ভুহিং" কৌই। মনাক্তা চাথা খোংচোমযুপী তরককনা কোইনা লৈএ। অহুদগী অসাইগী মকমদা অসিবা চনথরকলে। অ'সবনা সামুবু কৌরগা হায়রকই, "নংনা লৈরোল অমা পুরো লাও।" হায়রে, অসুমনা সামুগী মথক্তা ওকী নাওফম থাচুনা লৈরোল অমা সেমলে। সামুগী মমিংদি "পিসানুকেতিংয়েৎ।" কৌই। "লতোংকেংমসতা"সু কৌই

মনাক্তা লৈবদি—

(১) য়ুচেংনে,

(২) থৌপিল ইক্কনপিনে,

(৩) পিসাতাওনে, অহুমমক লৈ।

অমুক অসিবনা মকু তোংদুনা কাথরে, নোংলোল অমাদি থরালপিচাক (থরানমিচাক) অপকমানে, অদুদা লৈবা সোরারেন মমিংদি "সংতারেঙ তাকুপ. তারেংপা" কৌই। অদুদগী অসিবনা আসাইগী মকমদা হন্থরকলে।

লৈরোল অমদি তিলমুরেলপু লাই অয়াম্বনা লিরোল খোই-রোল. লিসিখোংসি. হুনাপরৈ লংখুরৌ সেমদুনা পুহনগে, শেমলিঠৈদা পাউরৌনবা অসৈদি—

(১৪) ঈশৈ

"তলদল কাইপোকবা সেনচি সেনচাও খিয়ৌখিয়ৌ ॥"

অসুম সকএ। মনাক্তা লৈবদি :—

(১) লৈস্ফুরেন কিংনাইপা

(২) য়ুঙা

(৩) ঙাংঙোই লৈরামপি। অহুমমক লৈএ ॥

অসিবনা মকুতোংতুনা অমুক কাথরে, নোংলোল অমদি "থা" নে। "থা" দা লৈব সোরারেন মমিংদি "কারে লৈরংসনা ঙাঙক্রপা" কৌই। মমাঙতা থাপা লৈএ। থাবু ঈরুবিবদি "চারোং রাইরূ রেঙ" কৌই। সেংবি লুবিবদি মানে॥ অসিবনা আসাইগী মকমদা হনথরকলে। লাইমুরেলপু লাই অয়াম্বনা লিরোল খোইরোন লিসিখোইসি সেমলকপদা পাউরৌনব অসৈদি :—

## (১৫) ঈশৈ

"কোথেমপা কোথেমপা কোমা মতোন মাইচাসে কৌ কৌ ॥"

লাইমুরেম্মা লৈরোল অমাপুরে ।

মনাক্তা লৈবদি ঃ—

(১) তারং খোইহুচা,

(২) লাইফুং হিপোকপি,

(৩) লাইহক লাইমারেল,

(৪) ফিরৈমা । মরি অসিমে

অসিবনা অমুক মকু তোংদুনা মথকলোমদা কাথরে নোংলোন অমদি "ফুমিৎনা ওইএ' । মনাক্তা লৈবদি—

(১) "মুংনাংলেল অপোঙপা" কৌই

"তারংতাও তানফুতাং মিৎতারেং"সু কৌই ।

মমাঙতা সচিক লৈএ । সচিকপু ঈরুবিবদি

"সিলসুঙাওসু" কৌই । সেংবিলুবিবদি মানা ॥

অদুদগী অসিবনা আসাইগী মফমদা হনথরক্লে । লৈরোল অমদি তিলরাওরেলবু লাই অয়াম্বনা চাঙাল চানিঙসাপাকুমসারে । লিরোল খোইরোল লিথু-খোইথু সুনা পরৈ লাংথুরো পঙককসা, থাংচেল-ককসা সারিভৈদা পাওরোনবা অসৈদি—

## (১৬) ঈশৈ

"হোইরৌ হায়া হোইরৌ হায়া হায়া,

স স হি স স হে হুপ হে এ ॥"

অসুম শকএ। মনাক্তা লৈবদি :—

১। লাইহকলেল-লাইসোপা

২। খিনপি

৩। কামখি

৪। য়াইরৈমা

৫। খাপি লুকোক চাষ্ট ॥ অসিনি ॥

নোংলোল অমদি লৈচিল নাপু তরেৎ লৈচিলগী মথক্তা কম্বা সোরারেলদি :—"খোংঙাইরেল" কৌই

ইঙা— ইংঙেল— কুমস— লাসাপা,নোংচুহনবা, লেলতাহনবা, নোংমৈ শিংজংসুবা, উলতাবা, উ, রা নাপিসিঙপি, হৈরা-মাতোন-চোংহনবা চুমথাংখলবা, নোংথাঙ বুপনচিংবসু মাংনে ॥ মনাক্তা "চিঙচারোইপি" না লৈএ।

অসিবনা অমুক গুরু তাননা কাখরে। লৈপাকী মরোল সেমলে নোংথৌ মরোলসুং তরেৎ শেমলে হায়তুনা গুরুগী মফমদা তংলুরে। মাদু তাবদা গুরুনা তাকপিরমই "ৎংমা অদু সেমলবদি লৈবাক চেৎনখা।হাক্কী হৰচাংপু "ওঁ সেৎ" হায়না চাইখাইরো য়াথং পিরকলে।"

অতুদগী অসবনা আসাইগী পরিং ময়াইদা থুংলরে। গুরুগী য়াথং পিরকপবু নিঙসিংদুনা মশামকপু "ওঁ সেৎ সহা" হায়না চাইখাইরে। মাদুদা ওইখিবা পোৎসক :—

১। মপুকনা—নোংথৌ ওইরে॥

২। মনমনা—লৈপাক ওইরে॥

৩। মমিৎ অনিনা—ঙুমিৎ-থা ওইরে।
৪। মতুমগী ফুথং খিবনা—থরানমিগাক, খোমচোম ছুপী অপকমা ওইরে
৫। লিগথুন অহুমনা—ইক্ষাগ, ইরিগ, খৌবাল ভুরেল অহুম ওইরে।
৬। ঈনা—ঈশিং ওইরে।
৭। মখোইনা—পিঙুমচিং ওইরে। "মমিংদি চিপুকলেল"কৌই
৮। খোময়েংনা—ললহামপুঙ ওইরে। মমিংদি "সনাহিং রাল সোপুঙ" কৌই।
৯। খোমওইনা—কোংপাপুঙ ওইরে। মমিংদি "পুঙমিং লংরান লোপুঙ" কৌই।
১০। মিংসাসোরনা—মুংশিৎ ওইরে।
১১। মসিংথানা—মৈ।
১২। মযুং মকৈনা—চিংমান অপকমা ওইরে।
১৩। মাহেংপনা (মতোং)—লৈবাক ফাইএ।
১৪। সিঙুংনা—সনাচীং ওই।
১৫। লুকংনা—কেহুলৈ ওই
১৬। মাকন মঙুংনা—হুঙমুশিনবা অনি ও। ।
১৭। মথাবাকনা—.নী হুং ওই।
১৮। খৌশিনবদি—ফগশিনে'
১৯। খোংসাশিনা—নিউ ওইএ।
২০। মতুলৈহোবনা—উ রা, অপকমা ওইএ।

২১। ময়ানা—য়োৎ ওইএ।

২২। মক্কনা—মুং ওইএ।

২৩। মথুংয়েৎনা—শিংখা ওইএ।

২৪। মথুং ওইনা—শিংপোপ ওইএ।

২৫। মনাকোঙবা—উয়েল বাথেল ওইএ। অপঙপা

২৬। থোপনা—কোংঙো, মিসি ওইএ।

২৭। মরিলনা—নোংমৈকোরি ওইএ।

২৮। মরিল মথুংদগী মহাওনা—কোরি,পিথ্রাই ওইএ।

২৯। মতিংনা—সল ওইএ।

৩০। শিংলিনা—হুপলা, হারা অপকমা ওইএ

৩১। সমনা—গুরুসিং ওইএ।

৩২। খুচিন্না—চাক ওইএ।

৩৩। মনপনা—সামুতিলখৌ ওইএ।

৩৪। মপানা—তিংখৌ ওইএ।

৩৫। নাকোং মথুংদগী তুনা—নাপুপা ওইএ।

৩৬ ওইগী তুনা—নাসেলপা ওইএ

৩৭ মথিং মসেকনা—নিচিংথৈ ওইএ।

৩৮। ওইগী মসেকনা—য়ই লাপু ওইএ।

৩৯। নাতোন মথুং য়েৎকি তুনা—সিদবা ওই

৪০। মতোন মথুং ওইগী তুনা—নাদবা ওই

৪১। চিনবান মথকা তুনা—নৌহিং ওই

৪২। খাদাং মখাগী তুনা—নোংলৈসং ওই

৪৩। থাবাকী ভুনা—লোইরং ওই
৪৪। সেগ্রাকী (য়েংকী) ভুনা—উরিকসিবী ওই
৪৫। " ওইগী ভুনা—অমুলৈ ওই
৪৬। থাগী সমমা—নাপি সিঙপী ওই
৪৭। শোচগী ভুনা—চজারৈ ওই
৪৮। ভুরুমগী ভুনা—ঈচোঙলোই ওই
৪৯। খুউগী ভুনা—লিকলুরৈ ওই
৫০। য়েংকি খোঙবীগী ভুনা—উহল ওই
৫১। খোঙতোমবীগী ভুনা—মচৌ লৈ ওই
৫২। খোঙয়াইগী ভুনা—কাঙহৈ ওই
৫৩। খোঙনিংথৌগী ভুনা—পাখংবালৈ ওই
৫৪। খোঙনাওপীগী ভুনা—লিসিঙ চাইপা লৈ ওই
৫৫। ওইগী খোঙবীগী ভুনা—উরেল লৈ ওই
৫৬। খোঙতোমবীগী ভুনা—ঈসং লৈ ওই
৫৭। খোঙয়াইগী ভুনা—কোক্কোল লৈ ওই
৫৮। খোঙনিংথৌগী ভুনা—লুমথোকপি ওই
৫৯। খোঙনাওপীগী ভুনা—লৌপুকলৈ ওই
৬০। খুৎনমগী ভুনা (য়েৎ)—য়ানতেংখোইপি ওই
৬১। য়েৎকী খুৎপিগী ভুনা—লাংথারৈ ওই
৬২। খুৎতোনবী ভুনা—সনারেম লৈ ওই
৬৩। খুৎয়াইগী ভুনা—লাইরেলঙপা থাঙয়েৎলৈ ওই
৬৪। খুৎনিংথৌগী ভুনা—সিয়েমপি ওই

৬৫। খুংনাওাগী তুনা—হাওকাৈল ওই
৬৬। ওইগী খুবীগী তুনা—চুমলাংৈল ওই
৬৭। খুংতোনবীগী তুনা—ইংঙেলৈল ওই
৬৮। খুংয়াংগী তুনা—মাইপাৈল ওই
৬৯। খুংনিংথৌগী তুনা—লৈরিৈল ওই
৭০। খুংনাওাগী তুনা—কালংলাৈল ওই
৭১। খু·দাগী তুনা—ক্বাকৈল ওই
৭২। পাম্বোমগী তুনা—কৈরাংৈল ওই
৭৩। লেংদোনগী তুনা—লৈসোক ওই
৭৪। নমগনগী তুনা—তাইরেল ওই
৭৫। খোম অনিগী তুনা—কুমলিকৈল ওই
৭৬। মচুমদি হ য়িংশি'ন' চুপ খিরে হিক পোকএ।

হবনা হল, তাও পোকএ, তাওন তিল, কাং অয়াম্বা পোকএ।

অসিনে খণ্ডও। × × × × × × × × ×

"অসিবগী" মখোইনা পিন্নম ওইবদগী খণ্ডহোপা মৈ, ঈশিং নোংসিৎ, নুমিৎ থা, চিঙ-মাল, লরাই লিলফুগী লেমহোপগীনা পুমহিং পাৎতা পুমনৈএ। ইঙিং সং স' লৈএ। ইরিক ইকোং সে তা সে নৈএ। লাইনিংথোনা হিংলৈগী মমি·দি "হিং সং হিং মি ঙিংচি, মিহিং সং" কৌএ। হিংখিবা অন্থদি লৈপাকী মখোই ঈশিং মথক্তা মসামক সিনা থাংন' লৈপাকপু খোমজিন-বগুমনা সিনা ভাক্তনা লৈএ। মমিংদি "লাইমু'খোমসিরিপা, লাইরেল পাচোঙবেৎপা" কৌই। তাইবংপানবগী মপু লাইগী

নিংথৌসিদবা অক্লন ঈশিং তরঙগী মথা, লৈপাককী মথক্তা মথোঙ কারলননা কমক্লনা লৈপাকপু ঙাকলিঙৈগী মমিংদি "উম লাইনিংঙালপা লৈসংলৈশিংপা" কৌই। লৈরোল অসিদি তিলুপ-লেম্না, মুংপানা পুএ॥ ০ ॥ মনাক্তা —

১। তিল্লীরেল,।

২। লাইরেল,।

৩। তিলঙৌরেল।

৪। তিলঙাঙলেন।

৫। লৈহক লৈয়ারেল।

৬। লাইরেম্মা লৈংপক্মা।

৭। লৈহিংমু।

৮। লৈমপপী।

৯। থৌপি লৈকনপী।

১০। ঙাংঙোই লৈরামপী।

১১। লৈজুংহিরিপী

১২। কামারিপী।

১৩। থিনপী। অসিথিবিক লৈএ। লাই অয়াম্বনা তিল্লরকপগী "লাইতিল কোল" কৌএ। পাথংবপু কোনবগী "লাইমা-কোল" মুঙ কৌই। লৈরোল মাপলমকতি অসিনে।

লৈরোল মাপলমকী থোঙদি অহুমনে।

১। মপান থংবদা—চক মরিংপা

২।ময়াইতা—পামরিংপা

৩। থোঙহক থংব (মমুংথংবা)তুমাহাপা। অহুমমকস্থু থাপনদরবনে

লাইয়িংথৌ কুমচিলতুথোকপতি লৈপাক নোংথৌ তুবান, মাবু থংপতি—অঙাইরেননা থংপানে। মথক মখাসুঙ লৈনা লৈনা থংনবনে। অনিমক্কী মরক্তা লাইয়িংথৌ লাইনিঙ তোংপা লৈএ। লৈপাক্কী কৌরোঙদি-"লৈতংংেপা" কৌই। লৈপাক থংবনে। নোংথোগী কৌরোঙদি "নোংডংলেংপা" কৌই। নোংথৌ থংবনে ॥•॥

× × × × × × × × ×

নোংলেন অমদি থরামিচাক নিংথৌসদবগী মপুক মনুংদগী ঙাচিং মমুঙুম থোইগৎখরে। "মুংনাংলেন অথপ্পা" কৌই। মকম অসিদি কনা য়োকরোই হায়না ঙাকচরে। অদুগী "কোনথৈ অতামবা" কৌই।

নোংলেন অমদি সোয়ারেল অমমবা অচিপা মমলেন মমবা লাইগী নিংথৌ-থোইবা, গুরু অথোইপানা মথননকি মশকপু উজনা লৈরে। অথৈবা মহাকতি নোংকা চাওমুং লাংলেন অচৌপা' কৌই। নোংথৌ মরোল মাপলদি অসিনে।

কৌজিক্তি লৈপাক্কী মথক নোংথৌগী মথক্তা চুক ওইনা ঙাকলিবদি—

১। লাইসিদবা

২। মালচিপা।

৩। হাইসাপা।

৪। নোংথৈরেন মরিমকনা চুক ওইনা ঙাকএ।

ঙাংঙাই লাইরামপিনা, থোংনাং ময়াংপাংনা লৈরমএ। অসিবনা হায়এ লৈপাক অসিদি ঐনা সেমবা লৈপাকনে, কনানা মুৎকরোই

ঙমি মরিমকপু ইথননা পুএ। মাহোং মতু চিলএ। ইপুকপা নোংখৌ ওইএ। ইনমনা লৈপাক ওইএ। ইকনা য়োৎ ওইএ। ইরিমা ইম্ফাল, ইরিল, থোৌপাল, তুরেল অহুমক ওইএ। ইকমা সনাচিং ওইএ, ইমিং অনিনা চুমিৎ থা ওইএ। ইতুনা উপি উরেল ওইএ, ইথিনা তাইবংপানবগী চারি থকলিবা ওইএ।

নোংছুম সংদা লৈপাক শেমজৈগী মমিংদি :—

"লৈরংলেম তাখৎপা" কৌএ। ফুংনাংলেন অপোকপসুঙ কৌএ। সনাচিঙদা ফমজৈদি "ফুংকোন নাথা" কৌই। এগী য়ুমদি চকপা মুংনা কোমথাএ। লাইরেল অওৌবনা কোনখিএ। ইমিংদি :—

"সনাকোনথৌরেল কাংরেলপা" কৌএ। চিরেল ভাঙলেন-পাসুঙ কৌএ। ইচুদি মৈরেন, ইযাদা সনা হাজংয়েবনে। ইনম থম্বালমনম নমএ। ইথুৎ য়েৎত সনা থুবনে, ওইদা লুপা থুবনে থকী লাইনা থকখল এক্টৈনৎ। থাগী লাইবু ভাংবল ওইনৈএ অমমপা অসিদা ইতোমন্তনে॥ তিলনামুংপাবু কোনথানৈএ, ডমপানা থোঙথিংনৈএ ঙ্গশিং থোইরুক্পপন কুনপানে। মিসিগুম্বনে য়ুহারাপা মপুসুং ঐনে। উসোই সঙতা লৈবাসুঙ ঐনে॥ ইমিংদি "সনা ফিলমুরেল" কৌএ ॥০॥

চৌজিক্তু মী শাগে হায়তুনা লৈঙ্‌চাথা-থোংনোমপিনা অরাং ভাকালিজৈদা অংতম্বাসিদবনা হায়রকই "অপাংপা ও। নং চংখিও মী সেম্মুরা, লৈপাকসুং নংগী ওংরো" পিথথরে। অসিবনা হয় অপানবনা লৈপাক মুনথরবদি ঐদি থাদা লৈরগে হায়তুনা কলক কংজ ওনা থাগী মচিদা কাখরে।

অহুমগী লৈহুং চাথা খোংচোমপিগা লাইয়িংথৌ কোংলৌতোন লৌথিবগা অনিমক তাম্নতুনা পুমুং হরাই থাগৎপাক থাএ॥

১। সামরিংপানা—অরাং ঙাকই।
২। চকমরিংপানা—নোংপোক ঙাকই।
৩। মুংমরিংপানা—থা ঙাকই।
৪। লৈসাতাওনা—নোংথক ঙাকই

আস ইগী থা মচিদা লৈবং কসক কমজাওনা উবতুনা থুয়াদগী উফুল লৌহুনা শাগোল শ'রগা উচেক্কী মতৌগুম্না থাদরক্নে। সামাতোন অয়াঙপনা হবাই মরি নেৎথৎলে। পোংথুমিমায়েংদু উহোদরে। কোংলৌতোন লৌথিবনা শাওরতুনা লৈপকপী লাং-থ কাখ। সামাতোন অয়াঙপতি লৈপকপা লাংদ খুরৈঙ্গা কো-লৌথোম্না হাওমুকনা লাংফাচন মোংমা থুরৌতা চিময়েংনরে, অনিমক চমনদরে। লাইবেমা চাথা-খোংচোমপিমা বাকললে। সামাতোন অয়াঙপগী লাংচেংকোমাস্থ (য়াচনস্থ) সৎথোকলে। "লৈসংচিঙ লাংমৈ" কৌএ। মাকোই মরাং ফোইদোকলে "মর-কোই ফে ইচিঙ" কৌই। মাকু মমাগ ফোইনা লো থামএ "সরাভুকেলপাচিঙ" কৌই। সামতোন অয়াঙপনা মেৎথৎপ দি লৌচল ওইথিএ॥ ০।

অমমক .হৌএ (১) লাইচিরম থংবদা—তুপুনে, লমপুনে,
(২) নোংপোক " তুপু
(৩) থাদা " লৈখোমতাও,
(৪) নোংচুপ " মালখোমতাও,

মমিমকনা ঙাকপদা ঙমদরে। সামাতোননা মেৎথৎপদা উল ঙইথরে। অমুরক হোৌরকই—(১) লাইচিরম থংবদা—কোংনিংথৌ নংনা নাত্তোমদা সেমপদি ঙমলরোইএ অসিবা থ মচিদা লৈবা অসিনা তৌবনি, ঐ কৌথবিগে হায়না ঙাঙোই সেরলপনা য়ু কৌরে। অসিবা ও কুমথরকলো হায়রবদা থা মচিদগী অতিয়া-সিদবনা হায় "অসিবা নংগা অপানবগা নখোই অনি মী শাও থরাই সুদে থরাই হাপসে।" অসিবনা হংই "করম শাও হায়রবনো ?" অতিয়াসিদবনা ঐগী ইসক ত্তমনা শাও হায়রবদা মী অহুবু শারিদৈঙদা অতিয়ানা সাগোল ফানবা খোইমা লিচিং থোক্লে। মমিংদি "মরিংচিং" কৌই সাগোল ফারে। অতিয়ানা আসাই সেমবা "পেং" ওডুবু কৌরে। মমিংদি "পোংলৌত্তোন" কৌই। "পেং" অসিবু নি সা থাপকে হায়দুনা অতিয়াসিদবনা কারিগা কায়াগা, অরংপগা, উকোংলেনগা, নোংতমথুবগা মহাকতগী লাই ৫ মক থোক্লে। থরাই হাপলে, নিংসা হোল্লে। থরাইগী মপুবে খঙলে। লিসিঙচাইপানা লৈবখিবিকপু কারককনি হায়দুনা মখোং সেংসোন্না মসমমনা ইকাফানা ঙাকলিদৈগী মমিংদি "চিথিংখিং মীহিংসং" কৌই। হুংলেনপানে, চুককী মনাক্তা লৈবদি কোনথিরেল, কাঙপিরেল, লিকমরু, পাথংবা অহুমমকসুঙ থাপনদনা লৈবনে॥

থরাই অপমকমাবু সলসেনবগুম শেল্লিবনে। হাৎকে হায়-রবসু হিংহনগে হায়রবসু মহাকনে। থরাইরেল মঙামক্তি থাপ-নদবনি। মাবু সেলবিবদি "খোইচেংলেন" কৌই। ময়াই অমসুং মপান থংববু "চিঙারেং" কৌই। মরুদি মানা লৌথোক্লুনা

কৌক্রুদা শিরুরে। পাখংবা, লিসিঙগাইপা, কৌক্রুসু থাপনদবনি।

হৌজিক লাই অয়াম্বনা অসৈ লংমাই সকনা হয়াও তাম্নামনা লৈতেমলকলে। মথংদা লাইরেম্বী অয় ম্বা লাইরেম্বা অয়াম্বা শেম্ব: লোইখরে। লাইখিবিকন চানা-থকননবগীদমক লাইগী কৈরুংবগা য়া তাম্নরে। কৈরুংবন' সনাচিঙ কাখরে। লাই অয়াম্বনা চানবা খোইনিঙ ওইনা তুথরকলে। লাই অয়াম্বনা হায়নৈএ—
"নংগী ঐগীনা কয়ি কয়ি মচানসি হায়"—
অসৈদি।—

ঈশৈ (১৭)

"খোইনিঙ ও! তুথরো,
নয়া ঐখোই থুনজগে,
ইপুরোই চানিঙলোই,
নকা ইকা খোঙথিন লোই।
খোইনিঙ ও! তুথরো,
নয়া ঐখোই থুনজগে,
অথুম্বা অহু পুজরে।।"

মবুক থম্লে লেরে অহুগী "থোইদিংও মকেরে" হায়। কবোককুম মকারে হায়বগী কবোক অমা "কায়া" হায়। চাবা মখোঙ থুংপুলি ও হাই। অতুগী "হংকাম মুপালি ও লিও, হায়।।

হৌজিক লাইমুয়া অমসুং লাইপাখং অয়াম্বনা লৈত্তেমবগী য়া হায়গে। লাইপাখং অমগা লাইমুরা অমগা অয়াম্বা লোংসানা সমনরে— অসৈ

## ঈশৈ (১৮)

"হা খেফু খিয়াও খিয়াও,
হো পারা হো য়ে,
হরিৎলিৎ লোল্লুক, থাউরুক,
ক্ষাথি কোৎচিল মকোৎচিল,
য়োৎতুম হলচিল মহলচিল ॥"

অসুম শকতুনা শাইনা হুমনা কাওশিনএ ॥

মমৈগা মকোককা থুৎথাদোকলে, অদুগা লেংসোনা লেপলে, ক্ষেং কাওথৎলে। অমুকসু হান্নাগী অসৈ অদু শকলে।

## ঈশৈ (১৮)

"হা খেফ খিয়াও খিয়াও
হো পবা হো য়ে ×
× × × × ×"

কিক্কেৎত্তি তিলফি লাচাক সেৎলে ॥

হৌজিক লাইহিংচাপা সেমবগী দা হায়গে। মুংনাংলেনসিনবনা হায়—"অতিয়াসিদবা ও। হিংচাপাগী শাগৈ সেমলো।" অদুদগী অতিয়াসিদবনে, অসিবনে, কুলচিলতুথোকপনে অহুমমকনা লাই অয়াম্বগা তান্নদুনা হিংচাপিনে, উচেকনিংথৌ, সামুগণ্ড, মোংসা নিংথৌ, চিঙলাই, লাইরেনাগ লিলনিংথৌ, কৈনিংথৌ, ওকলাবা-নিংথৌ, অসিখিবিক পোকলে।

লাইপাখং, লাইহুরা অয়ামবনা খুৎলঙলোই সনপোৎ লোই ওইরিবৈগী রা হায়গে ঃ—

১। কৈনা—ভিতি। কাই
২। নোংশানা—অর। কাই
৩। খারৌনা—পোৎপু ওই।
৪। লিন্দুনা—ঙঙচৈ ,,
৫। নারিলনা—লমুলি ওই
৬। লিলখাকনা—রাইখুমিৎ ওই
৭। তিনবুন্নাপুন—য়েৎখাংলি ওই
৮। খোনাইপনা—য়োৎচৈ ওই
৯। ঙৌনাইপনা—য়োৎখোল ওই
১০। তাংলৈনা—লাঙ্গোল ওই
১১। লিলহানা—চৈবুল ওই

লৌকমদি চাক্লৌপুঙদনে খুরাই লৌকমলেল, কোনুং অচলপানে। অসৈ

ঈশৈ (১৯)

"হে মালেম সনপোৎ লোই,
মালেম খিনকাই হোরে,
তিংকোই পুমথাঙ লোয়েতা
লৌভাসে হৌনরে॥
হে-হে হোইতৌ, হায়া নকেতা,
হোইতৌ হায়া নকেতা॥

সনপোৎলোইনা শকপদি :—

ঈশৈ (২০)

"হো হোই হোই হোই।"

লৌত্তাবনা সকপদি :—

ঈশৈ (২১)

"হে হে ঈও,
য়োইপু য়োইহৈ ওকনপা,
কোথা খুমচেমসে।
য়োইপু য়োংহৈনপা
কোঁথুব ভালচেমসে।।"

খুৎলংলোইনা শকপদি :—

ঈশৈ (২২)

"হোইতো হায়া নকেতা
হোইতো হায়া নকেত,
হে খোইনৌ ইতাসা।
চিঙখোঙ ঈপুং মনাই-ওকনপা,
রাহি ফাচেমসে,।।"

লাংবন কারকপগী শকপদি :—চৈখুম লেংতা খোংনা

ঈশৈ (২৩)

"হে হে হে ঈও; হে হে হে ঈও,
খাওয়ৌ কারে হে হে ঈও।
লাংবল কারে হে হে ঈও

খামচা খমলে, হে হে ঈও,
চিঙথোঙ ইপুং ওকনপা।
কোচেঙ হান্নাও ফাচেমসে।
হে হে ঈও, চিঙথেঙ ইপুং থুংনবা,
লিকলু লাং সে সে।"

অসিবনা পোকপদি তাকনাঙালপি, খোইনিঙঙালপি, মপকমাবু ঙমনা পাকলে। মখোয় অসি ৱিবিকপু সিদন্নাই-নাদন্নাই কুবিরে। মাহুদা অতত্না সিবনা হংএ "অসিং ও। করম তোরবগে?"

অসিবনা খুমজন্নকই—"সিনবা, মদবা কুবিরে।" অতিয়া-সিদবনা হায়—"নংনা তৌরিবা অসিদি নত্তরে, ঐখোইগী অকবা ওহন্নরে ই। হয়বদি ঐখোইগা মখোইগা মান্নফরোই।" মাহুদা অসিবনা খুমজন্নকই মমাহল্লোই" অসিগী তুংদা অসিবনা আ-সাইগী মফম অহুদা হলখন্নকলে। মখোই ময়াম তিননরে, অহুগা আসবনা হায়ন্নকই—"ঐদি হন্নেং কাখরগে? নংখোইসু হন্নেং ঙম্না লাউও। ঐবু কংলোলাও।

অসিবনা লৈথাদগী লাই অচৌবদ হায়ন্নকই "তাকপাঙালপি, খোইনিঙঙালপি অসিনচংবা মখোইসু লাকলোও হায়বমলে।" অসিগী তুংদা মখোইনা ব্রাকয়ৈ হিনা। হৈবনা ব্রাকয়ৈ হিনা, সমুখোঙ-মা ঙমবনা খোঙনা, ঙমনা তাননবকলে। লাই অচৌবনা হায়এ "তাকনা ঙালপি খোইনিঙঙালপিশিংও নখোয়দি মমনা কদোবা ছিথাংলকপা, সমুখোঙনা মমনা করমনা ব্রাইথু খেংনা লাকপনো? নখোইবু তাইবংপানবা মপুনা চৈরমলে মাহুদি নখোইনা খেংনা

অময়দা থুংনবগী দমক—পোকপা-সিবা নাইরোই, অমা অয়েক য়াওরো, হিহোনকমদা হিহোল্লো, পাওতাক ইয়েন্দ পাওতাকও।

ঐনা মখোয়বু খাংহৌ হায়দুনা লৈরমলিবনি। তাইবংপানবা মপুদি মখোয়বু তাইবা ভংত্রদুনা কাথরে ॥ ০ ॥

হৌজিক য়ারম অমা হায়গে:—

তাইবংপানবা মপুদি থারাক্লবদা চংখরে। লৈচুংখোমকাং অতোনবা থৌরে। তাকনাওাংলপিসু; খোইনিংঙাংলপিসু, অতৈ লোইনরকপা থিবিকসু ওমনা নিংবা কাইদুনা হমনখরে। অমুরক পোইরৈতোন কৌনা থোরকলে। লোইনরকপদি—

১। অনতৌরিপা

২। সাকারিপা,

৩। চাংনিং হেনপা × × ×

অচিংচিংবা পুস্তক তেবক ঙাংলপি, খোইনিংঙাংলপিনা তেললে থগুও ॥ ০।

মী সেমবগী য়া হায়গে—“অসাইগী হিংচাপিনা মী সেমকাংতমা হেক হেক চাহংপা অদুদা তাইবংপানবা মপুনা হায়এ—“হিংচাবা হিংচাবী অসথিবিকপু সমুসো য়াংমদা—মৈ মথয়তনা মৈথৌবা, ঈশিং মথংতনা থিকপা, নোংসিং মথংতা তসুম শিংদুনা লৈবা মফমদা থাদোকখরো য়াংং পিরে।” অসিথিবিকপু ঙাংবপদি ঈসিং ঈরেংপুং থৌবা লৈরিনা থৌরিতাংগুমা মনিল অসাবনা নোংথো-কংএ। উলনারি কৌবা ঈশিংমচু ঙাকএ। ঈশিং অহুনা চিংকংদি নুংথৌ, ঊপি ঊরেল লৈবথিবিকপু

ঈশিংগুমনা ভুমএ। অমুমনা মরোল মরোল ঙাকপা মফমদা হিংচাবা-হিংচাবী অমাম্বা থাদোকখরে। সোমোরি সোমো কৌবা হিংচাবা অমিদি পুখিবা ঙমদনা নৈদেরে। লাইরেম্মা পান্থোইবীগা লাল সোকনরে। অমিদুক সাকনবদি ঙমদরে। লাই পুমনমক ইমা ইমা লাওনা চেল্লে। মাদুদগী ইমা নামুংবীনা লাও লাও চায়ত্থনা কৌশিন্দুনা খুনংদৌবু ভারংলক চুপকাল্লে, খোমলাংদু তারংলক থকহল্লে। অদুদগী ইমা পান্থোইবীনা নামুংবী কৌনা খাং চুংগোইগা লোইননা চোংথবদুনা ময়া কাথোক-মরৈনা কৈপাক পকনা শিংথোরককুন, মরৈ মংল্লা 'হিংচাবা পুমনমক চংশিন্দুনা থাংনা বকতুন', ঈ থে রকপা পুমনমক থকচিন্দুনা ঙমনা হাংতোকলে।

হিংচাবা হাংদুবা মতমদা লাইথিবকনা শা-ঙা পুমনমক পোক্লে।

অদুদগী লাইশিংদো অতিয়াসিদবনা অসিবদা "মী সারো" হায়রে। য়াথং অদু তাবদা অসিবনা "করম সাও হায়বনো" হংজরকই। গুরুনা তাকপিরকই—"এগী ইমিতমনা সাও" অদুগী মতুং মমি তমনা সারে। মরোল লোবতরে। পোংথুগী লরাই লেনফুদা থুচিনদুনা থাগদুনা লাই মঙা চংহনখরে। নিংসাসোর হেল্লে, নমথাইবা মযম সুনজিনখ্রে। লাই মঙাগী মমিংদি—

১। কৌপারেল (কৌত্র)—মামংদি "মি" কৌএ

২। পোংথাঙ

৩। থাংচিঙ—মমিংদি য়াইথুরেল কৌএ

৪। মারচিঙ—মমিংদি—মিরাংকোঙরেল কৌএ

৫। রাঙপরেল—মমিংদি—রাঙকোইরেল কৌএ

লাইমতানা য়েংকো থু সংবাদ থুংবগী মমিংনি "খিংখিং ইখিপা" কৌএ।

লাইমত মক অসিগা লাইয়িংথোগা কায়াৎকে তায়রুন'-খুসিং-খাতগী—"ওঁ ওঁ স-ত রেঙ" হায়না কারকলে। কা য়াৎলে,—লাইখিংথৌ দি বোঙতারেল সাবে মমিংদি হু লাইসংলেল কৌএ। লাই মঙাস্থ থরাই ওইনা কা অমমমদা ফমহল্লে। থরাই মঙাগী মমিংদি :—

১। লোলনা,

২। নেকনা

৩। ইতাল,

৪। পিরা,

৫। য়াপি—কৌএ।

অতিয়াসিদবনা থম্বাল লোংনা শাৎপা মমু'দা হুনচিনখরে, মমিংদি "হুংঙাঙ ঙরংঙাচ" কৌএ। থম্বাল মানা অনি শাৎলে। মমিংদি "মিৎতাঙেং তরংপা" কৌই। অ সখিবিককী মমিংদি "পিঙা হে হে হে" কৌএ মীগী মপুক মচুংদা নৈতৈদি "হুপ হুপ ইঙঙা চিং হে, হে, হে" কৌএ। মাপল থোকলবা কাগী মমিংদি "পিংঙা হে হে, হে, হুক, হুক" কৌএ॥

× + × × × × × × ×

মগাংগী মতুংইন্না হায়দবা য়াদবা মরানে হৌরক অপান-বনা নিংথৌ ওইবগী হায়জরগে, অতিয়াসিদবনা মুংনাংলেল অথুবদা লৈপাক অসিবু কনাবু লেপহনসিগে হায়না তাননরকই। মাহ্নদা মুংনাংলেল অথুবনা হয়রকই—"অতিয়াসিদব, অসিবা, কুল-চিলচুংথে কনা নথোই অহুমমক নোংথৌ মথেংগু কোইনয়ো; হায়বা খুংলবনা লৈবাক্কী মপু ওইনৌ।" অমুমনা হায়বগী মতুংইন্না অতিয়াসিদবা অসিবা অনিমক্তি নোংথৌ মখাক্ত কোইথরে। কুলচিলচুংথে কপদি লৈহোরে। মহুদা গুরুন হায়রকই "অতোনবা নংদি করিগী লৈহৌরিবনো?" গুরুগী য়াথং তাবদা অতোনবনা খুমজরকই "ঐনি গুরুগী ফালথোক্তদুম মকোইজগে?" নোংথৌ মথোক্তদি লৈতে হায়রনা গুরুগী ফালথোক্তবু তাবংলক কোইরুনা গুরুবু থুরুমহুনা কমলে। মাহ্নদা গুরুনা হায়এ "অতোনবা নংদি ঐগী ইতিক অচৌববু করমনা থংবনে।" ইনা অয়পানে হায়রুনা পাখগুয়োইরেলপা কৌএ। মতেংদা গুসাইগী নোংথৌ মথেংগু কোইথিবা অনি অহুম থুলরে। মথোইনদ অতোনবদি থংলম-লোই নিংই। মতম অমুদা গুরুনা হায়রকই "ননাওদি হায়বা থুংবা ঙমগে, লৈপাক্কী মপু মানা ওইগা হংরে হায়না য়ারোইরে। অমুগী "লোইরেল" কৌএ। অমুদগী নিংগ্‌থৌ (কেইরুংচিঙ) তা কারললে। গুরুনা মফম অমদা কমলগা হায়রকই "অচন নংদি ইপাগী ইফমদা ফ লোরাও।" হায়রনা অতিয়াসিদববু ফমহল্লে য়াইমা নংদি লাইগী মফমদা ফমলোলাও হায়দুনা ফমহল্লে। অতোনবা নংদি নয়াম্বা অনিবু থুরুমলোম্না ও হয়রুনা

হুক্ষহল্লে। মাদুদা কাওবা শাওবা ফত্রবা অসিবনা নাওনিপাবু ম্যাংখ্রগে হায়দুনা থেরুবপদা পাখংনা যৎহুন্দগী থদুনা লাইরেম্বী চগী মরক্তা লৈখরে। মাদুদা লাইরেম্বী নিপামা খুৎ-শাবনদুনা পাখংববু (কুলাচন্দ্র তোবপবু) হায়দা ওম্লগা পাউরে থৌনা লিরোল অসে শবকখই মদুদি:—

ঈশৈ (লিরোল) (২৪)

"কে ত্রেক কেক মো মো
য়াঙ্গোই শাম্বা শ্যাও শ্যাও।
তোকপগা কম্বগা,
বৈগা য়েনগা চায়নবা
য়েংথোং ফত্তে চাশিল্লো
লাইগী য়েম্নি চাফদে।
রাইনৌসে রাইনৌসে
চরোৎ লাংমৈ রাইনৌসে।
হা ইপু মোক্রোকপা!
লোইহিয়া লোইহিয়া হৌ হৌ।
কে ত্রেক কেক মো মো
য়াঙ্গোই শাম্বা শ্যাও শ্যাও ··· ॥

মসি মতুংদগী অমুক হুরনা খামদুনা থিংগ্রু চৌদা পুখৎ-লকপনি। অদুদগী হুরমা অপানবা নংদি থিংগ্রু চৌ মতোন্দা কমও হায়দুনা কমখে। অদুগী মতুংদা অহিয়াসিদবা অমসুং অসিবা অকিমক্তা হায়রবই "হৌজিক্কি নাবিথানি (নখোই ২না)

মনাওবু থুরুমলো" অনিরক হায়রে, মীচুং ফাওবদ। অনিমকনা যাদরে। অহুমশুক হায়রবদা অনিমকনা মনাওদা থুরুমলে, মখোই অনিগী মপুক্তা মনাওনা শোইদনা নিংথৌ ওইহল্লে হায়না থল্লে। অসিদ মতুংনা মখোই অনিবু কিংনবা অমদি পাখংবা (অপানংগী) মতিক খঙহনগে হায়দুনা মতিক মখোই তৌবা ঙমবা পুমনমক উৎহল্লে, তাইবংপানবা মপুক্তা ঙমগদবা মতিক লৈবাবসু উৎহল্লে—মাদুগী মমিংদি "কৈরুমকেল" কৌএ। কোংথৌজম উৎহল্লে—মমিংদি "লোং-জুমকেল" কৌএ। থংহিং উৎহল্লে—মমিংদি "হিতুংলাকল" কৌএ। খাঙ্গু তুরে মতিংদা—"চাঙ্গুপোই" কৌএ। চুকয়াইশু উৎহল্লে—মমিংদি "লুকাক" কৌএ। মৈরিকোকগোংশু উৎহল্লে—মমিংদি "কোঙগোইরেল" কৌএ। খাংশু উৎহল্লে—মমিংদি "মিচুম মিরাঙথাং" কৌএ। "কুমকেৎ হাংফিরাকথাং" কৌএ চিংরেল কিনা-ইপাঙ্ড উৎহল্লে। অসিথিবব উৎহনবসু অনিমকনা কিবিদে। তরংপিরে হায়বদি অপানবা মখোয়ক তকংথইহরে কনা অমত্তা উবা ফংখিদরে, মাহুদনা অনিমক তাকিবা পোকলে কিরে। অপানবা মহাক্তা মমিংদি "মতেংলেল মী মনিক তরংপা" কৌএ।

গুরুনা পিংথ্রৌচিংগুম্বা নমলোলদ (খুরাইরী মতোন্দ) চংথরে। অপানববু গ্রাকপিরে। মমিংদি "তুমিলাইং মী হিংচি" কৌএ। অসিপু লোইরে হায়বগী "লোইরেল" কৌএ॥

মতাং অসি ফোক লোং (মৈতৈ ইনাৎকী ঈশৈ) থিগৎলকপদা মরী মতাংচাই হায়দুনা শমপৎনা পনজরম্বনি।

হৌজিক লাকপাথং অমত্তুং লাইনুমশিংনা পাওরোনপা অসেগী মরমদা ইজরকলগে?

## ঈশৈ (পাওরো ঈশৈ) (২৫)

শিংথিং লৌজসে পালনা লৌজসে,
য়ারোল্লকি সঙাইনা, মচিকেক্রু খোকতরি,
ললহামপুঙকি কাকথৈনা, মানা হুমাই সাতরি,
*তোকক্ষমতকি তাম্মুনা, খোইজু তোল্লোক চিপতরি,
কোংবতকি ঙাখানা পোল্লাং কানক নপতরি।
সুকনা মথৈ য়ানতরি, য়াংকোকনা মাপাল সাতরি,
লোংমৈ লোজরো, ইতাখোই তারাখোই,
সাকোম চেমসে লালচেনসে, উরাল চিঙতোন লোমজুসে।
খাঙল পোংপু পুকসে লাইথরোই চাথাঙসে।
হৈতুক পিতুক পিজাগ্ন পালনা তাপতাইগ্নু,
সাকোন তোংপা কাইরবপা, নংবু তোংবা য়াঙতেতো
লমপান নরা খোঙসাংপি, নংপু সাইপা ঙমতেতো
মচিঙ মমাঙ হোইরৌনা থুংপাক হাইরোনা॥

হংচে—কোল্লো॥

তারাংজা, মরাংঙা,
কোককাই লোইতাং অয়াংঙা
থিথা থাঙরাই খচোংঙা,
চেঙকোই লিকলা ঝাইরংশু।
থেঙ্গু নমপোল লোই লোই,

* তোকক্ষম = কোকক্ষম

হয়াই খাঙপাক মখংপাক,
চেঙপি লোইয়া মরোইয়া,
লমলোই খারোই খাচিকনা
খাচিক খাপাংনা ।
মোকসি মোকসি নারেঙঙা,
মুরা লেংখাঙ মসেমসে ।
আরে আরে লাইচুমপা,
আরে লাইচুমপা,
পাংকি ঐনা হাইনুরু,
পাংকি হাইনুরু,
অসৈরু সাইরু,
সমতুরুরু, রাইরুরু ।
চোমও চোমও
চোমসঙ তেকারে ও,
চোম ও চোমও,
নৈ ও নৈ ও নৈ ও সঙতে,
খজিক্না নৈ ও নৈ ও
চাম ও চাম ও
সঙতে কারেঙ ঙা,
চাম ও চাম ও
মনিঙ মমাঙ হোইরোনা,
খুৎপাক হাইরোনা, ॥ হংচে-কোম্লো ॥

সানৈএ। লাইয়িংথৌনা মথক্তা তোংএ। "লাইতোংলেল তরং-তাঙ." কৌএ।

লাইয়িংথৌ পাখ'ব লৈ চিলএ, মথিংদি "তুমিলহিং মিহিংসং" কৌএ। লাইরেম্মনা উরিকশিবাচিলএ॥ মথিংদি "পিরিংচু" কৌএ॥

## (২৬) ঈশৈ

"য়েল মাওবা য়েননাওবা চেক্ চেক্
মাচা কাগে কাকরোই,
নহি থককে থককরোই॥"

সাননবা মকমদি লপয়ান ক্যাদা সানৈএ।
সাননবা উমং অতুদগী লাইমাকোলদা তিননরে॥

লিসিঙচাইপা লৈ চিলএ, মথিংদি "হুইসবা মিমাহেন" কৌএ। লাইরেম্মনা অঙৌলৈ চিলএ মথিংদি "থুইথুই সন্নি" কৌএ অসৈদি লাইয়ি'থৌকি মরুপনা কোইনা থুৎসমনচুমা লৈরে, লাই-রেম্মা অয়াম্বীনা "নিংথিং" হায়না কোইবা চেলে। লাইপাখং শিংনা "এগী কোলতা কোলতা" হাই। লাইনুর অয়াম্বীনা কোলদা চংলে। লাইনুরানা সকপা।

## (২৭) ঈশৈ

"য়েনথি য়েপসে ময়েপসে,
হুইথি য়েপসে, ময়েপসে॥"

ময়া মপাদি কৈদৌথিবনো হংএ ।
মাহুদা লাইরেম্মশিংবা খুমএ ।

(২৮) ঈশৈ

"ইমা ইপাদি
মিংথোগী সনা লুপা,
ফিগে-ফিরাং
সাগোল সামু তিকথিএ ॥
"খিরি খিয়ৌ ইপাম থোক্তে থোককরোই, ইয়ুমতা সিংচু খুদেং অমা চারুগে ॥

লাইপাখংশিংনা চাহরোই খাগএ। তাকপা তমদতুনা চেনখরে। লাইপাখংনা তানংবে, লাকনা কানা সাননরে। সাননবা মকমদি রাংকোল উমংতা সানবৈএ।

লাইরিংথোনা ককুলৈ চিংএ মমিংদি "ককলাং চিংতা লোংপা" কৌএ। লাইতুরানা লুমথোনপি চিরে। মমিংদি "অহুমসু" কৌএ। অসৈদি—

(২৯) ঈশৈ

"অয়াংতা······হিয়াং তা······"

সাননবা মকমদি রাংকোন উমংতা সানবৈএ ॥
লাইপাখংবা তুমনালৈচিলএ, মমিংদি "সচামনিক" কৌএ। লাই-তুরানা কোলতোল লৈ চিংএ। মমিংদি "সংতালেঙতা লেঙপি" কৌএ।

(৩০) ঈশৈ।

"আরে আরে লাইচুপা" অসি মকএ।

লাইপাখংনা—

(৩১) ঈশৈ।

"হে হে ইয়া
হা ঋিংখিবীশা।
হৌসে হৌসে য়াইওকৃসে॥"

লাইনুয়ানা খুমলকপা—

(৩২) ঈশৈ।

"মত্তু থিরুসে সিংচু য়াইরু চারুসে॥

অসুম্না কৌথিএ। সাননবা মকমদি "লাইতিনকোম উমংদা সাননৈএ। মংকলসঙ মকমনে॥

লাইপাখংনা করি কৈ চিলনা য়া কৌরে। মমিংদি "খিমাহেন ভরংপা" কৌএ।

লাইরেম্মা পাওখংনৈএ:—

(৩৩) ঈশৈ।

"হে ইপুং মহাপা,
করি কৈপু চিলনা, কৌবও।
নে াংনাং কোরি চিন্দুনা
পাওনিঙ সিংলক ও;
ইপুসে লোথিরো, লাও
থৈ-থিলো লোরে॥"

লাইপাখংনা হায়এ:—

(৩৪) ঈশৈ।

"চাম ও চাম ও চামসঙতে,
খজিক্তা চাম ও চাম ও!
নংখোইনা হাকতুম
ঈরু-মাইতা ও॥"

লাইরেম্মা অয়াম্বনা ঈরু-মাইতরে, লুরে হেরে; চোমগুম পাললে (ভোরে) লৈদি য়াই লৈদুচিলএ

(৩৫) ঈশৈ

"চোম ও চোম ও!" সকএ। মমি'দি
"মিৎমাংগেন তরেং তনৌপী" কৌএ।

লাইরেম্মশিংনা কমলে, লাইয়িংথৌনা মাইরেল নিরুইএ—

(৩৬) ঈশৈ

"হু' ইবেম্মশা! নিংথৌনা মাইরেল অমত' পিজরকউ হায়।"

লাইরেমশি'না খুমলকই :—

(৩৭) ঈশৈ

"মচৈ য়ানতরিএ মাপাল সাতরিএ,
অমত য়েংজরুবিগে ও!"

অমসুম পুক্তিনা খাইতিনলরে, লাইয়িংথৌগী মরুপ্পা অসুম সকএ :—

(৩৮) ঈশৈ

"খিংখিং লোজসে, পালনা লোজসে।"

লাইরেম্মা অয়াম্বনা থুমএ

(৩৯) ঈশৈ

"য়ারৌতকি সঙাইনা.
মাচনা কেক্র খোকতরি
লমহাম্পুংগী কাকৈনা,
মহনা হুমাই লাদরি,
কোংবদগী ঙাথানা
পোল্লাং কানপ্‌ নপতরি।
তোকক্কমদগী ঙামুনা
খোইজু তোললোক চিনদরি,
সুকনা মহৈ য়ানদরি
য়াংকোকনা মাপাল লাদরি,
নোংমৈ লৌজরো"...... ......

লাননবা মকমদি "সুংনাংকোপ" উমদো লাবনৈএ ॥ • ॥ লাইয়িংথৌনা নিকলা-নৈ চিলএ। মমিংদি "সেংকুপলেং" কৌএ। লাইরেম্মনা তুমিৎনৈ চিলএ। মমিংদি "তোলথাংমকুপ তরেঙ তরেঙপা" কৌএ। লাইরেম্মা অয়াম্বীনা কোইনা ঙাকএ। লাইরেম্মা তনৌ তরেং কুতায়েঙপীনাময়াইদা থামএ। মরাইদগীনা "কেক্রেক কেক্ খোংএ"। লাইয়িংথৌনা তানশিনলকখিয়ে, লাইরেম্মনা চেনথোকখিয়ে। লাইয়িংথৌ অয়াম্বনা কোথেমপা লাননৈএ. কোথেমবিএ।

(৪০) ঈশৈ

"কোনা মতোল য়াইজসে।"

কৌবা অম্তুম সানবৈএ। খাও্ চিংনবা সানবৈএ। সাননবা মকমদি "চাপা উত্তোইরোক উমংদা" সানবৈএ।

লাইরিংথোৌনা লিকলাবৈ চিলএ। মখিংদি "সেলতারোক" কৌএ। লাইরেম্মনা নোংবৈসং চিলএ। মখিংদি "ঙ্গুকোইহু মবামনিক" কৌএ।

## (৪১) ঈশৈ

"চি চি কোইলাং নমতে,
সাল্লাং পুল হি-খোইচু পুল
ঙাদি লৈতে, সাইচিম্নরে।"

সানবা মকমদি "থাং উমং উবুমপোকতা" সানবৈএ। লাইরিংথোৌনা মিচিংলৈ লিংদিনা সেমহুনা লাইরেম্মদা পিএ। মখিংদি "মিমি তরৈরু মিমি তরৈচিঙ খিংখিং তরৈচিং চিংতেতে, চিংতেতে নপঙ্গু" কৌএ।। লাইরেম্মনা লাংবৈ, সেমহুনা লাইরিংথোৌদা পিএ। মখিংদি "মিমি তরৈচিং উপতেংতেপা' চিংতেতে নপঙ্গু" কৌএ। অসেঃ—

## (৪২) ঈশৈ

"ইতাখোই চাইরিখোই
সকোন চেলাসে লাংলাচেলসে,
উরাল চিঙ্দোল নোমলুসে,
খাঙল পোংহন পুকনে,
লাইথরোক চাকখাওসে।
হৈতুপ পিতুপ পিতাইঙ্গু।"

সাননবা মকমদি "য়াইচিক ঈশা" সানবৈনএ। লাইয়িংথৌনা ইংঙৈগী চিলএ মমিংদি "লৈচিল ফুলথুপ ত ৈরে লৈপা" কৌএ। লাইরেম্মনা উরেন লৈ চিলএ। মমিংদি "সংথুপ হিংথুপ হিং উতিং তরেংষু" কৌএ। অসৈদি—

(৪৩) ঈশৈ

"সাকোল তোংপা কাইরম্পা
নংপু তোংবা য়াঙতেতা।
লমপান নরা খোঙসাংপি
নংপু সাইপা ঙমতেতা॥"
অসুম পাওথ নৈএ॥

লাইরেম্মাসিংনা খুমএ—

(৪৪) ঈশৈ।

"হে ইপুং নহাপা, লমলোঙ চৎপা খুচৈ সাংপা;
চিঙয়া চৎপা লাইকম্ মানপা,
অথোইপিদি উলকতে,
অহেনপিত খঙলকতে,
নখাই মপু কনাকা,
কনপিনা নিখি মসুমনৈএ॥"

সাননব মকমদি ত বনে ঙনা লমলোঙগী স নৈএ॥ অপন মমা পাথংবা ওইরকপন সকনবা অসৈদি—

## (৪৫) ঈশৈ

"নোংখোলপমকি সুমাঙতা,
অঙালপা করিনো ?
অসাপতি করিনো
লোইচিঙনে হাই ইতা !
লোইবমে হাই. ইতা, ॥
কুক কুরু সাইরুরু,
সমতুরু রারুরু,
অনতোংএ অনতোংসি
নাও নাও রাসিয়ে ॥"

## (৪৬) ঈশৈ

"চোম চোম চোম অসঙতে,
কারেঙ অচোম্ লৈও লৈও।
লৈসঙতে, নারেঙ ঙারৈও ঙারৈও।
চামও চামও চাম অ-সঙ্তে, কাতিতিকতা,
চামও চাম্ও মনিঙ্-মমাঙ্ হোইরোনা।
খুপাক হাইরোনা ॥ হংচে-কোল্লো ॥"

## (৪৭) ঈশৈ

"কুমকুম সেক সেক্
কুমসেক কুম সেক্,
সলনা খাদুং কালৈ,

ঙুঙকা লৈতে, ঙুঙ্‌লৈতে,
ঙুংলৈ সনলৈতে,
নোংঙা লৈতে নোংলৈতে,
নোংলৈ সনলৈতে,
ফিংঙা লৈতে, ফিংলৈতে,
ফিংলৈ সনলৈতে।
লাইরেম্বকি তিংল্লিখোং
লাইয়ংথৌকি তিল্লিকক,
ঙমিঙ ইথাঙ হোইরোনা,
খুপাক হাইরোনা। হংচে-কোমো।

(৪৮) ঈশৈ

খেন্‌চোরে

"খেনুচো খেনুচোরে,
খেনচো লাংমৈ খেনুচোরে,
অখিঙ্‌কোরে, খিঙ্‌কোরে,
খিঙকো লাংমৈ খিঙ্‌কোরে,
লাইরেম কোকপা খিঙ্‌কোরে,
খিঙ্‌কো লাংমৈ খিঙ্‌কোরে।"

(৪৯) ঈশৈ

"পুক্ষা পুক্ষা লিবৌ লিবৌ,
কাকরেল খুচিল, চুহু

অচি চিলোঙ্‌ চি চি লোঙ্‌,
হামেং খেনুচোং মখেনুচোং
খেন্‌চো লাংমৈ খেন্‌চোরে ॥”

(৫০) ঈশৈ

“ইপুলোই, মনিঙ্‌লোই
অনা ঊকা খোঙখিনলোই,
খোইনিঙ্‌ ও তুখলো,
নরা ঐনা খুনচাকে
খোইতিং ও মকাৱে,
কাপোক ও মকারাম্‌
হংকাম্‌ ও মকারাম্‌
হংকাম্‌ মুপা লিওলিও,
মনিঙ মমাঙ হোইরোনা,
খুদাক হাইরোনা ॥” হ'চে'.কাল্লে' ॥

(৫১) ঈশৈ

“ ঝিংঝিং হাইচসে, পানবা লোচসে,
হাবোতকি সন্তাইনা মচি কেক্লু
+ + + +
+ + + + .... ॥”

(৫২) ঈশৈ

“ হায়াং তা, মকাং তা
কোকাই খোইতাং অমাংতা,

হিথি থিঙৈম অচোংঙা,
চেংকোই লিকলা হাইমংথু
থিংকু নমপোল নোইনোই।
হয়াই থংপাক মথঙপাক,
চেঙপি লোইয়া মলোইরা,
লমলোই খালোই থাচিকুম,
থা'চক থাপাঙ্‌বা॥

(৫৩) ঈশৈ

"হুসি মুকলোক সিথারেঙ্‌বা
হুরালোং খংমা সেমসে,
আরে আ'রে লাইচুপা,
পাঙ্‌কি হাইনা হাইমুক,
পাঙ্‌কি হাইনা হাইমুক।
পাঙ্‌কি হাইমুক অসাইরু॥
কুক্‌কুরুপা হো হো
নোংচেং কোইপা খ্যাও খ্যাও,

(৫৪) ঈশৈ।

"নোংখো কাসা মুবারে,
নোংখোনপম'ক শুমাঙ্‌জা,
ঙালফুং ঙালফুং তোরকপা,
কনানো চাঙুরেল কাসানে,

খোংজারেল সাবাবে,
মনামস্থ খেংলোতে,
মাতোলমস্থ লাংলোতে,
লাংসানা চাইথিতা,
নোংখোনপম সঙনিঙ্‌তা
পুন-পুন-কাথিএ।
সংসং খোকলকএ,
সাংথিও থাম্মা সাইচিন্‌তরে॥"

লৈমা ঈরুএ:—

(৫৫) ঈশৈ।

"ইমা ইপানা সাক্লেং মতোপ লৈরকপা,
তাওবা হুইমা চাখিরে,
অমুক করি চাসিবা,
তুমিদাং করি চাসিবা॥"

অস্থম শকএ, হিদেনদি খোতুরেঙ চানুলাকপিনে॥

(৫৬) ঈশৈ

"থাওতে তোনা মৈতোনতা,
কাংচো বানাতোনতা কাংচো,
সামু মোনসাং ঙমবরু
তেলকৈ থাতা পুংথরে,
চুপোকপনা খুনচরে,

চাবাবনা য়াওচরে,
কোক্কারিও ।"

হিদেন অমদি লমপালপুংনে। অমিদি তোওচাচিনে অহুমদি তেলথা হিদেননে, মরিদি ইম্থাই হিদেং, মণ্ডাদি-য়াইতান হিদেননে, তরুকতি লাইপা সঙলওনে, তরেৎভি-খুৎয়াংলাংথাম্নে ॥ লাইপাখং লাইমুরা অয়াম্বনা "য়ু" থকনরে। কিসাবদি তিল-কি-ফনেক, লাইকি কনাক্ থোচোন যুরিং, রুরেল কাইসা, চাকফি-নিঙথম্, লাইরি ফুরিং, রুরেল কাংসি, অাস সেতুনা হারাওনা—"য়ু" ওক হাইচৎনৈএ। পাওকৎনংদি "হোইরো-দগী মচেৎ মচেৎকা, হায়াদগী মচেৎ মচেৎকা, হাথোকলকপকা" অহুম্মক অসিনা পাওকৎনৈএ। লাইপাখংনা হায়এ:—

(৫৭) ঈশৈ

" হা জুপি কাপুল-কারাকপি,
লুরেল কাইসাপি,।
হায়ু কাপুল কারাকপা,
লুরেল কাইসিপা॥
নাইমনাক পুথোঙথোংপা,
জুয়া কাবমদা সিরে।
সিংহিরোইবু হায়বরা
সিংলমলো, কুমসি ইতু থিথিগে
নোংমৈ ইচা পোকলগা সিংবিগে"
"অমুম খুমএ"
লাই অয়াম্বনা যু থকমরে, পাওকৎনপদি:—

## (৫৮) ঈশৈ

হে হোই হা হা হা।
হোই হোই হা হা হা,
হেরিল লিরা হেরিলা
হায়তে থুনাইতে হৈয়াহে॥
অত্তুবু খোইবা হারাওপা লৈপংনেতা হৌ।
হৌ এ হৌ হায়ানকেতা॥ হংচে কোয়ে।।

# "Meitei Folk Song"

হৌজিক মথক্তা উংচখিবা মৈতৈ ইনাৎকী ঈশৈ অসি থাইনদগী উমংলই হারাওবনচিংবদা মথং মথং চৎনরকলবনি। অত্তুবু মতংগী মতুং ইন্না "মাইবা মাইবী" উমং লাইগী খোনিরোল পুথিরিবা মীশিংনা মথং মথং হৌথিবা, অমদি অইবা লাইরিক পায়ত্তুনা শকলকপা নত্তবা, চিঙ্কাদা অন্নম শকনরকপনা মরেক মশোন য়াহৈ থরা থরা থৈনরকপা মরমনা হৌজিকী লাই হারাওবদা শকপা মরোলগা থরিবা অসিগা চানদবা থরা থোংনবিগনি। মসিগী খোইদোকপা অকাইবা লৈতে, লৈরম লৈরঙ্বা ঈপা ইপুনা থমখিরম্বা লাইরিকী মতংনি। মসিদা পাখিরিবা ইবুংঙো 'ইবেম্মশিংনা থনবিগদবদি মৈতৈ ফোক শোং অসি ইচম চম্বা নত্তে তাইবং লৈশেমবগা মরী লৈনবা ঈশৈনি থত্তবিগনি। মথংগী পন্দুপতা শৈরেং তাক্কী ঈশৈ ফোংজগে।

মসিদা মরী মথোঃ থিকম থঙদবা অমদি থিবা মাংপগী দোষ লৈরবস্নু ঙাকপিয়ু।

\+ + + +

## অষ্টম শুবা পন্দুপ

## লৈশেম্লেংগী শরুক

### (১) ঈশৈ

"নুংকা লৈতে, নুংলৈতে,
নুংলৈ সন লৈতে।
সন্ নন্ নন্ থান্নু কানৈ,
লাইরেম্মাগী তিন্নিথোং
লাইয়িংথৌগী তিন্নিকক্।।"

(২)

পিতারেঙ্ পিতারেঙ্ কয়সং কয়সং।
সনসঙ্ লাইসঙ্ সম্পিংপিং।।

(৩)

আ হাই হে, হোইরৌ
হোইরৌ হোইরৌনকেসে।।

(৪)

আ হোই হে হায়া
হায়া হায়া হায়া নকেসে।।

(৫)

হো হোই হা হা হা,
হোই হোই হা হা হা,
হেরিল লিল্লা হেরিল্লা
হেরিল্লা হায়ুতে খুল্লাইতে,
হৈয়া হে হৈয়া হে,
অঙবু খোইমা হারাওবা,
লৈবনেতা হো হে,
হো হায়া নকেদা ॥

(৬)

হোইডা হে নচাপা অপিচা,
লৈকু মরুম খোইচোপ্পা।
লৈরাই মরুম খোই হাইপা,
লৈতুম ছুম্না পাউশাবা ও!
ইপল পুল্লাং কাইরেতা,
পুল্লাং লুরোই কাইপপু
সিংলমলোই হাইপরা?
ইপলনপু হাইপনে, সিংলম লাও॥

(৭)

ঐতি পেম্মা নংপু হুনডেডা,
লৈপাক সংতা লৈবী ও!
কোরকালতা কমতুনা

নমম্ নোংসা য়াইপী ও!
চোমকাই তোইসেমপিপু
হুলপনে।
হে পেম্মা নিঙথিপি ও!
খিং খিং লোচসে,
পালনা লোচসে।।

(৮)

হে ইপুং নহাপা ও!
য়ারৌতকি সঙাইনা,
মচিনা কেক্রু খোক্তরি,
ললহামপুংগী কাককৈনা,
মানা হুমাই সাতরি (এ)
তোকফমতকি ঙামুনা
খোইচু তোম্লোক চিনতরি (এ)
কোংপতকি ঙাখানা,
চেঙকোই কানক মকতরি। '
সুকনা মহৈ য়ানতরি,
য়াংকোয়া মাপাল সাতরি,
নোংমৈ লোচরো।।"

(৯)

বাকথ্রুপি ও মৈকাম্‌ও
ইচিলতুমই কামকতে,

(১০)

খিংকুও নহাপা ও।
ইনম পোম্রে পোলকতে।

(১১)

অখিঙকোরে খিঙকোরে,
খিঙকো লাংমৈ খিঙকোরে,
লাইরেল কোকপা খিঙকোরে॥

(১২)

পুরু মমা লিখাও খাও
খৎখৎ চিংখৎতুনা
মাথৈ অনিমকা মরক্তা,
চুশিন্নরে হাঙ্গবকি,
কাকৃরেল খুচিন চু চু॥

(১৩)

থিংকু নম্‌পোল নোই নোই,
হয়াই থাঙ্‌পাক মথঙ্‌পাক্‌
চেঙ্‌পি লোইয়া মলোইয়,
লমলোই খালোই থাচিকনা,
থাচিক থাপাঙনা॥

(১৪)

তলদল ফাইপোকনা
সেনতি-সেৎচাও খিয়ো খিয়ো॥

(১৫)

কোথেম্পা কোথেম্পা,
কোনা মত্তোন রাইনসে,
কৌ কৌ ॥

(১৬)

হোইরৌ হায়া হোইরৌ হায়া হায়া
স স হি স স হে হুপ্ হে—এ ॥

(১৭)

খোইনিঙ ও ভুথরো,
নরা ঐখোই থুঙ্গগে,
ইপুরোই চানিঙ্লোই,
নকা ইকা খোংথিন্লোই ।
খোইনিঙ ও ভুথরো
নরা ঐখোই থুঙ্গগে
অথূম্বা অচু পুজরে ॥

[১৮]

হা খেযু খিয়াও খিয়াও
হো পায়া হো য়ে,
হৃরিংলিং লোল্লুরু, খাউরুরু,
কাথি কোংচন মকোংচিন,
য়োংতুম হলচিপ মহলচিপ ॥

[১৯]

ৎঃ মালেম সনপোংলোই,
মালেম খিন্‌কাই হোরে,
তিংকোই পুমথাঙ্‌ লোয়েন্তা,
লোতাসে হৌনরে,
হে হে হোইতো হায়া নকেন্তা ॥
হোইতো হায়া নকেন্তা ॥

[২০]

হো, হোই হোই হোই ॥

[২১]

হে হে ঈও
য়োইপু য়োইহৈ ওকনপা,
কৌথা থুনচেমসে,
য়োইপু য়োইহৈনপা
কোৎুম তানচেম্‌সে ॥

[২২]

হোই তো হায়া নকেন্তা
হোই তো হায়া নাকেন্তা
হে খোইনৌ ইতাসা।
চিঙথোঙ ইপুং মনাই ওকনপা
হাহি কাচেম্‌সে ॥

[২৩]

হে হে হে ঈও, হে হে হে ঈও
য়্বাঙরৌ কারে হে হে ঈও
লাংবল কারে হে হে ঈও
খামচা খমলে হে হে ঈও
চিঙ্খোঙ্ ইপুং ওকনপা
কৌচেঙ্ খারাও কাচেম্‌সে (হে হে ঈও)
চিঙ্খোঙ ইপুং খুমবা,
লিকলু লাংসেমসে॥

(২৪)

কেক্রেক কেক্ মো মো
রাঙ্গোই শখা শ্যাও শ্যাও।
ভোক্‌পগা কবগা
কৈগা য়েনগা চায়নবা
য়েনখোং কত্তে চাশিজো।
লাইশী য়েন্‌নি চাকদে॥
রাইনৌসে রাইনৌসে।
চরোৎ লা'মৈ রাইনৌসে।
হা ইপু মোক্রোক্‌পা
লোইজিয়া লোইজিয়া॥ (হো হো)

(২৫)

ইভাখোই ভরাখোই
সাকোন চেনসে লানচেনসে,

উরাল চিংলোন লোমলুসে,
খাঙ্পোংপু পুরুসে,
লাইথরোই চা-খাঙসে
হৈতুক পিতুক্ পিতাগু
পালনা ভপতাইগু—।
সাকোন তোংবা কাইরমপা
নংবু তোংবা রাঙতেতা ।
লমপানা খোঙ্সাংপি,
নংপু সাইপা ঙমতেতা,
মনিঙ্ মমাঙ্ হোইরোনা
খুপাঙ হাইরোনা ॥

(২৬)

হায়াং ঙা মন্নাং ঙা
কোকাই মোইতাং অয়াং ঙা,
হিথা থাঙ্রাই অচোং ঙা
চেঙ্কোইলিকলা রাইর'থু ॥
থিংকু নমপোল নোইনোই
হরাই থংপাক মথঙপাক
চেঙ্পি লোইন্না মলোইন্না,
লমলোই খালোই খাচিকনা
খাচিক খাপাঙনা ॥

